স্তাদৃক্ষঃ স্বয়মপ্যলং ত্রিজগতাং শর্ম্মাণি বিস্তারয়ন্ ॥
আরামাত্তত এতি পৌরজনতা চক্ষুশ্চকোরোড়ুপো
মাত্রাদ্বারিমুদেক্ষিতো নিজগৃহং তং গৌরমধ্যেমাহং ॥৭॥

সায়ংলীলা দণ্ড ৬ ।

শ্লোক ৮ ।

যস্ত্রি স্রোতসি সায়মাপ্তনিবহৈঃ স্নাত্বাপ্রদীপালিভিঃ ।
পুষ্পাদ্যৈশ্চ সমর্চ্চিতঃ কলিত সংপটাম্বর স্রগ্ধরঃ ॥
বিষ্ণোস্তৎসময়ার্চ্চনঞ্চ কৃতবানদীপালিভিস্তৈঃ ।
সমং ভুক্ত্বান্নানি স্ববীটিকামপি তথা তং গৌরমধ্যেমাহং ॥৮॥

---

( তুমিদাংরাইদা ) তাদৃশৈঃ ( মহাক্কা মান্নবা নিংলবা ) তৈঃ গণৈঃ সহ ( ভক্তশিংগা লোইননা ) প্রেমবান্ ( প্রেমনা তিল্লবা ) তাদৃক্ষঃ ( অহুম ওইবা ) স্বয়ং ( ইবুংগো মহাক্কনা ) ত্রিজগতাং ( মহোল অহুম্মক্কী ) শর্ম্মাণি ( নুংঙাইবা মঙ্গল খিবিকপু ) অলং ( য়ামনা ) বিস্তারয়ন্ ( সন্দোকপীর-ধুনা ) আরামাৎ ( বনদগী ) তত এতি ( তুং অহুদা লেংশিল্লকই ) পৌর-জনতা ( নদীযাপুর বাসীগী ) চক্ষুশ্চকোরোড়ুপঃ ( মিৎ নোয়িনগী থা ওই-রিবা ) মাত্রা ( শচীনা ) নিজগৃহং ( নিজ মন্দিরদা ) দ্বারি ( থোংজিন্দা ) মুদা ( হরাওনা ) ঈক্ষিতঃ ( য়েংজরবা ) তং ( অহুম ওইবা ) গৌরং— ( শ্রীগৌরাঙ্গবু ) অহং অধ্যেমি ( এইনা নিংশিংজরি ) ।৭॥

অন্বয়ানুবাদঃ—যঃ ( ইবুংগো মহাক্কা ) সায়ং ( সন্ধ্যাদা ) আপ্তনিবহৈঃ ( ভক্ত খিবিক্কা [সহ] লোইননা ) ত্রিস্রোতসি ( গঙ্গাদা ) স্নাত্বা ( স্নান ভোরগা ) পুষ্পাদ্যৈশ্চ ( লৈ, চন্দনমচিংবা খিবিক্কা ) সমর্চ্চিতঃ ( গঙ্গাবু পূজা ভোরবা ) কলিত সংপট্টাম্বরঃ ( অশেংবা ফি থোল্লবা ) স্রগ্ধরঃ ( লৈ, পরেং নির্ম্মাল্য থোল্লবা ) বিষ্ণোঃ ( শ্রীবিষ্ণুগী ) দীপালিভিঃ ( গন্ধ, পুষ্প,

## প্রদোষলীলা দণ্ড ৬।

### শ্লোকঃ— ৯।

যঃ শ্রীবাসগৃহে প্রদোষসময়ে † হ্যদ্বৈতচন্দ্রাদিভিঃ

ধূপ, দ্বীপ, নৈবেদ্য বস্তু খিবিক্লা) তৈঃ সমং (ভক্তশিংগা লোইননা) তং সমর্য্যার্চ্চনঞ্চ (মতম অতুগী সেবাবুস্নং) কৃতবান্ (তৌগ্রবা) অন্নানি (অন্ন-প্রসাদখিবিকপু) ভুক্ত্বা (হারগা) তথা (অতুম্না) তাম্বুলমপি (তাম্বুলবুসু হারবা) তং গৌরং (অতুম ওইবা শ্রীগৌরাঙ্গবু) অহং অধ্যেমি (ঐনা নিংশিংজরি)॥ *

অন্বয়ানুবাদঃ— যঃ (ইবুঙো মহাক্কা) প্রদোষ সময়ে (অহিংগী মচিন্দা) শ্রীবাসগৃহে (শ্রীবাসগী যুমদা) হি (লেপ্না) অদ্বৈতচন্দ্রাদিভিঃ (অদ্বৈতচন্দ্রনচিংবা) সর্ব্বৈর্ভক্তগণৈঃ (অয়াম্বা ভক্তশিংগা) সমং (লোই-ননা) হরি কথাপীযূষং (কৃষ্ণকথা অমৃতবু— শ্রীকৃষ্ণগী সঙ্কেত, শ্রীরাধা-গী অভিসার, কৃষ্ণ অভিসারনচিংবা) আস্বাদয়ন (রস চুপমিন্নরতুনা) প্রেমানন্দ (প্রেমগী মুঙাইবনা) সমাকুলঃ (শিলবা থুংলবা) চটুলধী (পুকচেল য়াংলবা) সংকীর্ত্তনে (সংকীর্ত্তন্দা) লম্পটঃ (পুকনিং চংলবা)

* বিষ্ণোরর্চ্চনান্তে নানাবিধান্নানি ভুক্ত্বা তাম্বুলাদিণিচ বিশ্রাম গৃহে গত্বা রত্নশয্যায়াং শয়নস্তদা ভক্তজনাঃ পাদ সম্বাহনাদি সেবা তথা। অস্যার্থঃ— বিষ্ণুগী আরাতি সেবা লোইরগা ক্ষিরনচিংবা অন্ন হারগা তাম্বুল হাতুনা বিশ্রামগৃহদা রত্ন শয্যাদা চেপই। লাইবক ফবা ভক্তনা পাদসেবানচিংবা মতমগী সেবা খল্লি।

† সূর্য্যাস্তাচ্চত্বার ঘটিকাঃ প্রদোষঃ। অস্যার্থঃ— মুমিৎ তাবদগী দণ্ড ৪ অতু প্রদোষনি।

সর্ব্বৈর্ভক্তগণৈঃ সমং হরি কথা পীযূষমাস্বাদয়ন্ ।। *
প্রেমানন্দ সমাকুলশ্চটুলধীঃ সংকীর্ত্তনে লম্পটঃ
কর্ত্তুংকীর্ত্তনমূর্দ্ধমুদ্যম পরস্তং গৌরমধ্যেম্যহং ।।৯।

নক্তলীলা দণ্ড ১২।

শ্লোকঃ— ১০।

শ্রীবাসাঙ্গনে আবৃতো নিজগণৈঃ সার্দ্ধং প্রভুভ্যাং
নটনুচ্চৈস্তালমৃদঙ্গবাদনপরৈর্গায়দ্ভিরত্যুল্লসন্ ।
ভ্রামান্ শ্রীজগদাধরেণ সহিতো নক্তং বিভাত্যদ্ভুতং
স্বাগারে শয়নালয়ে স্বপিতি যস্তং গৌরমধ্যেম্যহং ।।১০।।

---

কীর্ত্তনমূর্দ্ধং (কীর্ত্তন্না অথোইববু) কর্ত্তুং (তৌগদবগীদমক) উদ্যমপরঃ (থোইদোক্না থৌরাংলবা) তং গৌরং (শ্রীগৌরাঙ্গ অদুবু) অহং অধ্যেমি (ঐনা নিংশিংজরি)।৯।।

শ্রীবাসাঙ্গনে ( শ্রীবাসগী বাগিচা মন্দিরদা ) নিজগণৈঃ ( ভক্ত খিবিকনা ) আবৃতঃ ( কোইশিল্লদুনা ) প্রভুভ্যাং [সহ] ( অদ্বৈত নিত্যানন্দ অনিগা লোইননা ) নটন্ ( জগোই শারিবা ) উচ্চৈঃ ( থোইদোকনা ) তালমৃদঙ্গবাদনপরৈঃ ( করতাল খিংবা, পুংয়েবা পামজরবা খিবিককা ) গায়দ্ভিঃ ( ইশৈ শকপা খিবিককা ) [সহ]— (লোইননা)

---

* শ্রীকৃষ্ণ সংকেত শ্রীরাধাভিসারাদি সময়োচ্চিত লীলা ভাবনা সভক্তালাপ্যাস্বাদ্য রসাস্বাদয়ন্নিতি ভাবঃ।।

অস্যার্থঃ— শ্রীকৃষ্ণনা সংকেত তৌরকপা মতুং ইন্না শ্রীরাধানা অভিসার, কুঞ্জদা লেংলকপা মতমগী মতিক ওকপা লীলাবু নিংশিংলগা ভক্তগা আলাপ তৌদুনা চুপকদব রসবু আস্বাদন তৌর তৌরদুনা হায়বা ভাবনি ।।

শ্লোক ১১ ।

শ্রীগৌরাঙ্গবিধোঃ স্বধামনি নবদ্বীপেঽষ্টকালোদ্ভবাং
ভাব্যাং ভব্যজনেন গোকুলবিধোর্লীলা স্মৃতেরাদিতঃ ॥
লীলাং স্তোত্রযদেতদাত্র দশকং প্রীত্যান্বিতো য পঠেৎ
তং প্রীনাতি সদৈব য করুণয়া তং গৌরমধ্যেম্যহং ।১১॥

---

অত্যুল্লসন্ ( থোইদোক্না নিংথিরবা ) শ্রীলগদাধরেণ (গদাধরগা) সহিতঃ ( লোইননা ) ভ্রামান ( লৈবত্না ) অত্যাদ্ভুতং ( অঙকপা ফংনা ) নক্তং ( অহিংদা ) য বিভাতি ( ইবুঙো মহাকনা ৺াল্ল ) স্বাগারে— ( মহাক্কী মন্দিরদা লেংলক্লগা ) শয়নালয়ে ( শয্যাগৃহদা ) স্বপিতি— ( চেপই ) তং গৌরং ( অতুম ওইবা শ্রীগৌরাঙ্গবু ) অহং অধ্যেমি ( ঐনা নিংশিংজবি ) ।১০॥

শ্রীগৌরাঙ্গবিধোঃ ( শ্রীগৌরচন্দ্রগী ) নবদ্বীপে ( নবদ্বীপ কৌবা ) স্বধামনি ( মহাকক্কী ধামদা ) অষ্টকালোদ্ভবাং ( কাল নিপান্দা ওইরিব) গোকুলবিধোঃ ( শ্রীকৃষ্ণগী ) লীলাস্মৃতেঃ ( লীলা নিংশিংবগী ) আদিতঃ ( অহানবদা ) ভব্যজনেন ( সাধুনা ) ভাব্যাং ( নিংশিংগদবা ) লীলাং ( লীলাবু ) অত্র ( মাসিদা ) স্তোত্রয়ং ( কোংদোকচরিবা ) এতৎ দশকং শ্লোক তরা অসিবু ) যঃ পঠেৎ ( মী অতুনা পাঠ তৌরিবা ) তং (মাবু) সদৈব ( মতম খুদিংদা) বক্ক য়া ( থৌজানবিত্না ) যঃ প্রীনাতি ( ইবুঙো মহাকনা পেনবি ) তং ( অতুম ওইবা ) গৌরং ( শ্রীগৌরাঙ্গবু ) অহং অধ্যেমি ( ঐনা নিংশিংজরি ) ।১১॥

ইতি শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তি ঠাকুর বিরচিতং শ্রীগৌরাঙ্গস্মরণমঙ্গলং অষ্টকালীয়লীলাস্তোত্রং সমাপ্তম

---

# শ্রীরাধাকৃষ্ণস্মরণমঙ্গলম্ ।

ওঁ

শ্রীরাধাকৃষ্ণাভ্যাং নমঃ ।

**মঙ্গলাচরণম্ ।**

শ্রীরাধা প্রাণবন্ধোশ্চরণ কমলয়োঃ কেশ শেষাদ্যগম্যা,
যা সাধ্যাপ্রেম সেবা ব্রজচরিত পরৈর্গাঢ়লোল্যৈক লভ্যা ।
সাক্ষাৎ প্রাপ্তা যয়া তাং প্রথয়িতুমধুনা মানসীমস্য সেবাং
ভাব্যাং রাগাধ্বপান্থৈর্ব্রজমনুচরিতং নৈত্যিকং তস্য নৌমি ॥১॥

---

অন্বয়ানুবাদঃ— শ্রীরাধাপ্রাণবন্ধো (শ্রীব্রজরাজনন্দনগী) চরণকমলয়ো (চরণ থম্বাল অনিগী) কেশশেষাদ্য গম্যা (ব্রহ্মা, মহাদেব, অনন্তনচিংব দেবতানা ফংবা ঙমদ্রবা) সাধ্যা (ফংননবা সাধন তৌগদবা) ব্রজচরিত পরৈঃ (ব্রজগী লমচংতা মায় ওনশিলবা থিবক্লা) গাঢ়লোল্যৈকলভ্যা ( চেৎনা পামজবা পুকচেল অদুতনা ফংগদবা ) যা প্রেমসেবা— (অদুম ওইবা প্রেম সেবা ) সা ( মাহুবু ) যয়া ( মহাক্তনা ) প্রাপ্তাক্ষাৎ (ফংগদবা) রাগাধ্বপান্থৈঃ (রাগগী লম্বিদা চৎচরিবথিবক্লা) ভাব্যাং (নিংশিংগদব ওইবা) অস্য (ইবুঙো মহাক্কী) তাং মানসীং সেবাং (মানসিক সেবা অদুবু) অধুনা (হৌজিক অসিদা) প্রথয়িতুং (শন্দোক্কে হায়বগীদমক) তস্য (মহাক্কী) নৈত্যিকং (নুমিৎ থুদিংদা ওইবা) ব্রজং (ব্রজদা) অনুচরিতং ( ভৎতনা শান্নরিবা লীলাবু ) অহং স্মরামি (ঐনা নিংশিংজরি ॥১॥

---

টিপ্পনী— প্রাণস্য বন্ধুঃ প্রাণবন্ধুঃ শ্রীরাধায়াঃ প্রাণবন্ধুঃ শ্রীরাধাপ্রাণ-

## অষ্টকালীয় লীলাসূত্রঃ ২ ।

কুঞ্জাদ্গোষ্ঠং নিশান্তে প্রবিশতি কুরুতে দোহনান্নাশনাদ্যাং ।
প্রাতঃ (ক) সায়ঞ্চলীলাং বিহরতি সখিভিঃ সঙ্গবে চারয়ন্ গাঃ ॥
মধ্যাহ্নে চাথনক্তং বিলসতি বিপিনে (খ) রাধয়াদ্ধাপরাহ্নে ।
গোষ্ঠং যাতি প্রদোষে (গ) রময়তি সুহৃদো যঃ সঃ কৃষ্ণোঽবতান্নঃ ।২॥

অন্বয়ানুবাদঃ — যঃ ( ইবুঙো মহাক্না ) নিশান্তে ( অহিংগী মমৈদা নোংঙাল্লমদাঙদা ) কুঞ্জাৎ ( কুঞ্জদগী ) গোষ্ঠং ( নন্দালয়দা ) প্রবিশতি ( লেংশল্লি ) প্রাতঃ ( নোংঙালবদা ) সায়ঞ্চ ( সায়ংদা— সন্ধ্যাদস্থু ) দোহনান্নাশনাদ্যাং (শঙ্গোমশুস্বা, লৃক হাবনাচিংবা ) লীলাং ( লীলাবু ) কুরুতে ( তৌই ) সঙ্গবে ( পূর্ব্বাহ্নদা— চাকচামাংদা ) সখিভিঃ [সহ]— ( সখাশিংগা লোইননা ) গাঃ ( শল খিনিকপ ) চারয়ন্ ( শেল্ল শেল্ল দুনা ) বিহরতি ( শাগৈ ) মধ্যাহ্নে ( সুমিৎ য়ুংবদা, অর্থাৎ— দণ্ড ১২ গী মন্থুংদা ) অথ ( অদুগী তুংদা ) নক্তং চ ( অহিংদস্থু— মধ্যরাত্রি দণ্ড ১২ দস্থ ) রাধয়া [সহ] ( শ্রীরাধাগা লোইননা ) বিপিনে ( বনদা ) অদ্ধা—

বন্ধুঃ ব্রজরাজনন্দনেঽর্থস্য তাৎপর্য্যঃ । কেশশেষাত্মগম্যা— কশ্চ ব্রহ্মাচ ঈশশ্চ মহাদেবশ্চ শেষাদিশ্চ অনন্তাদিশ্চ দেবা স্তেষাং অপ্রাপনীয়া ইত্যর্থঃ । ব্রজমিতি— দ্বারকালীলা ব্যাবৃত্ত্যর্থং । নৈত্যিকমিতি— অসুরমারণাদি বাসুদেবলীলা বর্জ্জমিতি ভাবঃ ।

(ক) প্রাতঃকালো মুহূর্ত্তাংস্ত্রীন সঙ্গব স্তাবদেবতু ইতি তিথিতত্ত্বে— সুমিৎ থোকপদগী পূর্ব্বাহ্ন যৌবা মুহূর্ত্ত ৩ দণ্ড ৬ অদুবু প্রাতকাল কৌই, অসুম্না তিথিতত্ত্বদা হায়রি । (খ) বিপিন ইতি দিবায়াং শ্রীরাধা-কুণ্ডবনে রাত্রৌ বৃন্দাবনেঽয়ং ভাবঃ । অস্যার্থঃ— বনদা হায়রিবা রাহৈ

## নিশান্তলীলা ।১॥

রাত্র্যন্তে ত্রস্তবৃন্দেরিত বহুবিরবৈর্বোধিতৌ কীরশারী ।
পদ্যৈর্হৃদ্যৈরহৃদ্যৈরপি সুখশয়নাদুত্থিতৌ তৌ সখীভিঃ॥
দৃষ্টৌহৃষ্টৌ তদাত্বোদিত রতিললিতৌ কক্খটীগীঃ সশঙ্কৌ ।
রাধাকৃষ্ণৌ সতৃষ্ণাবপি নিজনিজধাম্ন্যাপ্ততল্পৌ স্মরামি ।১॥

(ক্রাওনা— তাবা লৈতনা । বিলসতি ( শাদ্রে ) অপরাহ্ণ ( নুমিদাং রাইদা , পেচ্ছে যাকি ( নন্দাল্‌যদা লে শিল্প ) প্রদোষে ( প্রাদোষদা— অহিংগী অচিন্দা ) সুহৃদঃ ( চান্নবা থিবিকপু ) রময়তি ( নুংঙাইহল্লি ) সঃ কৃষ্ণঃ ( অদুম ওইবা কৃষ্ণনা ) নঃ ( এইখোইবু ) অবতাৎ ( ভোকপি-সন্নু ) ১

রাত্র্যন্তে ( অহিংগী মতমন' লোয়রক্লবদা ' ত্রস্ত বৃন্দেরিত বহুবিরবৈঃ ( মপাংক্রবদা বৃন্দাদেবীনা ইর্নশিল্লকপা আযাংবা উচেকী খাংহৌক খিঙকনা ) বোধিতো মীকপ থোক্লবা ) কীরশারী ( শুকশারিকাগী ) হৃদ্যৈঃ ( পুক্‌চেল চংবা ওইবা অহৃদ্যৈরপি ( নুংঙাইতবসু ওইবা )— পদ্যৈঃ ( রচৈ শিঙিকনা ) সুখশয়নাৎ ( নুংঙাইবা ফেদনদগী ) সখীভিঃ [সহ] ( সখীশিংগা লোইননা ) উত্থিতৌ ( হৌরকলবা ) দৃষ্টৌ ( মহৈ মহৈ দর্শন ওইরম্বা ) হৃষ্টৌ ( হরাওনবা ) তদাত্বোদিত রতিললিতৌ ( মতম অদুদা অশা অশাংবা উদয় ওইরবা রতিনা নিংথিরবা ) কক্খটীগীঃ ( কক্খটী মানরাগী জজৈ পানব খাহেন ) সশঙ্কৌ ( চিংনবগা লোইনরবা)

অসি নুংথিলনা শ্রীরাধাকুণ্ডতীরদা, অহিংনা বৃন্দাবনদা হায়বা ভাবনি ।
(গ) সূর্য্যাস্তাচ্চত্বার ঘটিকা প্রদোষঃ – নুমিৎ তাবদগী দণ্ড ৪ অদো প্রদোষ কৌই ।

প্রাতঃ লীলা ।২॥

রাধাং স্নাতবিভূষিতাং ব্রজপয়াহূতাং সখীভিঃ প্রগে ।
তদ্গেহে বিহিতান্নপাকরচনাং কৃষ্ণাবশেষাশনাম্ ॥
কৃষ্ণং বুদ্ধমবাপ্তধেনুসদনং নির্ব্ব্যূঢ় গোদোহনং ।
সুস্নাতং কৃতভোজনং সহচরৈস্তঞ্চাথতাঞ্চাশ্রয়ে ॥২॥

পূর্ব্বাহ্নলীলা ।৩॥

পূর্ব্বাহ্নে ধেনুমিত্রৈর্ব্বিপিনমনুসৃতং গোষ্ঠলোকানুযাতং ।
কৃষ্ণং রাধাপ্তিলোলং তদভিসৃতিকৃতে প্রাপ্ততৎকুণ্ডতীরং ॥

---

সত্‌য়ো অপ খোরানমক ) নিজ নিজ ধাম্নি ( মাগী মাগী মক্ষমদা লাকতুনা ) আপ্তুতল্লৌ ( শয্যাদা পেল্লরবা ) তৌ রাধাকৃষ্ণৌ ( শ্রীরাধা-কৃষ্ণ অনিপু ) অহং স্মরামি ( ঐনা নিংশিংজরি ) ।১॥

প্রগে ( অয়ুক্তা ) স্নাতবিভূষিতাং ( স্নান তৌরগা [ঈরুরগা] নিং-থিনা লৈতেংলবী ) ব্রজপয়াহূতাং ( যশোদানা কৌহল্লরবী ) তদ্গেহে ( যশোদাগী শঙ্গাইদা ) সখীভিঃ [সহ আগত্য] ( সখীশিংগা লোইননা লেংলক্লগা ) বিহিতান্নপাকরচনাং ( অন্নপাককী থৌরম্বু তৌরিবী ) কৃষ্ণা-বশেষাশনাম্ ( শ্রীকৃষ্ণগী শেষ প্রসাদী হাররবী ) তাং রাধাং ( অতুম ওইবী শ্রীরাধাদা ) অহং আশ্রয়ে ( ঐনা আশ্রয় তৌজরি ) চ ( অমসুং ) অথ ( অদিগী তুংদা ) বুদ্ধং ( শয্যাদগী লেংখৎলবা ) অবাপ্ত ধেনুসদনং— ( শলবাগী মনাক য়ৌরবা ) নির্ব্ব্যূঢ় গোদোহনং ( শঙ্গোমশুম্বা লোয়রবা ) সুস্নাতং ( নিংথিনা শাইথরগা ) সহচরৈঃ [সহ] ( সখা বলরামনাচিংবগা লোয়ননা ) কৃত ভোজনং ( লুক হাররবা ) তঞ্চ কৃষ্ণং ( অতুম ওইবা কৃষ্ণ-দসু ) অহং আশ্রয়ে ( ঐনা আশ্রয় তৌজরি ) ।২॥

পূর্ব্বাহ্নে ( পূর্ব্বাহ্নদা ) ধেনু মিত্রৈঃ ( শলবী সখাশিংগা ) বিপিনং

রাধাঞ্চালোক্য কৃষ্ণং কৃতগৃহগমনামার্য্যয়ার্কার্চ্চনায়ৈ ।
দিষ্টাং কৃষ্ণপ্রবৃত্ত্যৈ প্রহিত নিজসখীবর্ত্ম নেত্রাং স্মরামি ।৩॥

মধ্যাহ্নলীলা ।৪॥

মধ্যাহ্নেঽন্যোঽন্য সঙ্গোদিত বিবিধবিকারাদিভূষা প্রমুগ্ধৌ ।
বাম্যোৎকণ্ঠাতিলোলৌ স্মরমখললিতাদ্যালিনর্ম্মাপ্তশাতৌ ॥
দোলারণ্যাম্বু বংশীহৃতি রতিমধুপানার্কপূজাদি লীলৌ ।
রাধাকৃষ্ণৌ সতৃষ্ণৌ পরিজনঘটয়া সেব্যমানৌ স্মরামি ।৪॥

---

( বনদা ) অনুসৃতং ( লেংথোক্লকুবা ) গোষ্ঠলোকানুযাতং ( নন্দনাচিংবা ব্রজবাসী গোপ গোপীনা তুং ইল্লরবা ) রাধাপ্তিলোলং ( শ্রীরাধা ফংনমনবগী দমক চঞ্চল ওইরবা ) তং অভিসৃতি কৃতে ( শ্রীরাধানা অভিসার তোরক্লবগী দমক ) প্রাপ্ত তৎকুণ্ডতীরং ( শ্রীরাধাকুণ্ড মপান্দ য়োল্লবা ) কৃষ্ণং ( শ্রীকৃষ্ণবু ) অহং স্মরামি ( ঐনা নিংশিঙ্জরি ) চ ( অমসুং ) কৃষ্ণং আলোক্য ( অট্টালিকাদা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তোরল্লগা ) কৃতগৃহগমনাং ( মন্দিরদা—যাবটতা লেংলক্লবী ) আর্য্যয়া ( জটিলানা ) অর্কার্চ্চনায়ৈ ( সূর্য্যপূজাগী দমক ) দিষ্টাং ( য়াথং পীববী ) কৃষ্ণ প্রবৃত্ত্যৈ— ( কৃষ্ণ ফংনবগী দমক ) প্রহিত নিজসখীবর্ত্ম নেত্রাং ( থাখিবা নিজসখীশিংগী লম্বীদা মিৎয়েং তারিবী ) রাধাঞ্চ ( শ্রীরাধাবুসু ) অহং স্মরামি ( ঐনা নিংশিঙ্জরি ) ।৩।।

অন্বয়:— মধ্যাহ্নে ( মধ্যাহ্নদা— দণ্ড ১২গী মতুংদা ) অন্যোঽন্য সঙ্গোদিত বিবিধ বিকারাদি ভূষা প্রমুগ্ধৌ (মই মই সঙ্গদগী পোকপা, বিলাস, ললিতনচিংবা মথল অয়াম্বা ভাব বিকারগী লৈজেংনা পুক্নিং হুরবা) বাম্যোৎকণ্ঠাতিলোলৌ( শ্রীরাধাগী বাম্য স্বভাবনা কৃষ্ণগী উৎকণ্ঠানা

খোইদোক্পা পুক্নিং য়াংনরবা) স্মরমথ ললিতাদি আলিনর্ম্মাপ্ত শাতৌ (কাম যজ্ঞদা ললিতানচিংবী সখীশিংগী নর্ম্মপরিহাসনা হুগুঙাইবা ফংনরবা) দোলারণ্যাম্বু বংশীহৃতি রতিমধুপানার্ক পূজাদিলীলৌ (দোল লীলা, অরণ্য লীলা, অম্বু জলকেলী, বংশীহরণ, রতিকেলী, মধুপান, সূর্য্যপূজানাচিংবা শান্নরিবা) সতৃষ্ণৌ (কেলিরসদা খৌরাংনরবা) পরিজনঘটয়া (শ্রীরূপমঞ্জরীনচিংবী সখী মপৈনা) সেব্যমানৌ (সেবা তৌনরিবা) রাধাকৃষ্ণৌ (রাধাকৃষ্ণ অনিবু) অহংস্মরামি (ঐনা নিংশিংজরি) ।৪॥

অপরাহ্ণলীলা ।৫॥

শ্রীরাধাং প্রাপ্তগেহাং নিজরমণকৃতেক্৯প্ত নানোপহারাং ।
সুস্নাতাং রম্যবেশাং প্রিয়মুখকমলালোকপূর্ণ প্রমোদাং ॥
কৃষ্ণঞ্চৈবাপরাহ্নে ব্রজমনুচলিতং ধেনুবৃন্দৈর্বয়স্যৈঃ ।
শ্রীরাধা লোকতৃপ্তং পিতৃমুখমিলিতং মাতৃমৃষ্টং স্মরামি ।৫॥

অন্বয়ানুবাদ :— অপরাহ্নে ( নুমিদাং রাইরমদা ) প্রাপ্তগেহাং (সূর্য্য কুণ্ডদগী মন্দির যৌরবী) নিজরমণকৃতে (নিজ প্রাণনাথন। হানবগীদমক) ক্৯প্তনানোপহারাং (অয়'স্ব উপহার—অমৃতকেলী কৌবা ভলনচিংবা শেম্লবী ) সুস্নাতাং ( নিংখিনা স্নান তৌরগা ) রম্যবেশাং (নিংথিবা অলঙ্কার থোল্লবী ) প্রিয়মুখকমলালোক পূর্ণপ্রমোদাং ( আট্টালিকাদা শ্রীকৃষ্ণগী মায়থোং থম্বাল উজবগী নুংঙাইবনা মপুং ফারবী ) শ্রীরাধাং-স্মরামি ( শ্রীরাধাবু ঐনা নিংশিংজরি ) ধেনুবৃন্দৈর্বয়স্যৈঃ ( শলবী মপৈগা সখাশিংগা ) ব্রজং ( নন্দালয়দা ) অনুচলিতং ( লম্বি মতুং-ইন্না লেংলক্লবা ) শ্রীরাধালোকতৃপ্তং এব ( শ্রীরাধাদর্শন্না অপেনবমক্তবু ওক্লরিবা ) পিতৃমুখমিলিতং ( পিতানন্দগী মাং য়ৌরবা ) মাতৃমৃষ্টং

সায়ংলীলা ।৬॥

সায়ং রাধাং স্বসখ্যা নিজরমণকৃতে প্রেষিতানেক ভোজ্যাং
সখ্যানীতেশশেষাশন মুদিতহৃদাং তাঞ্চ তঞ্চ ব্রজেন্দুং ॥
সুস্নাতং রম্যবেশং গৃহমনুজননিলালিতং প্রাপ্তগোষ্ঠং
নির্ব্যূঢ়োস্রালিদোহং স্বগৃহমনু পুনর্ভুক্তবন্তং স্মরামি ।৬॥

প্রদোষলীলা ।৭॥

রাধাং সালীগণাস্তামসিতসিত নিশাযোগ্যবেশাং প্রদোষে ।

---

( যশোদানা ওক্তূনা স্নান তৌরবা , কৃষ্ণঞ্চ ( শ্রীকৃষ্ণবুস্থ ) অহং-স্মরামি ( ঐনা নিংশিংজরি ) ।৫॥

সায়ং ( সন্ধ্যা মতমদা ) স্বসখ্যা ( নিজসখীনা মরম ওইত্নবা ) নিজ রমণকৃতে ( শ্রীকৃষ্ণনা হাননবগী দমক ) প্রেষিতানেকভোজ্যাং ( অচা-অথক অমৃতকেলী, মিষ্টান্ননাচিংবা কয়া থারবী ) স সখ্যা ( সখীশিংগা লোয়নবা ) আনীত ঈশ শেষাশনাং ( পুরকপা শ্রীকৃষ্ণগী শেষ প্রসাদী হারবী ) মুদিত হৃদাং ( পুক্নিং নুংঙাইরবী ) তাং রাধাং ( অদুম ওইবী— শ্রীরাধাবু ) চ ( অমসুং ) প্রাপ্ত গোষ্ঠং ( নন্দালয়দা লেংশিল্লবা ) সু স্নাতং ( নিংথিনা স্নান তৌরবা ) রম্য বেশং ( নিংথিবা অলঙ্কার থোল্লবা) গৃহং ( মন্দির মন্থংদা ) অনু জননি লালিতং ( তত্তুনা যশোদানা নুংশিনা পিজ পিথক্লিবা ) নির্ব্যূঢ়-উস্রালি দোহং ( শলবীশিংগী শঙ্গোম শুন্বা লোইরগা ) পুনর্ভুক্তবন্তং ( অমুকহন্না গুরুজনগা লুক হারবা ) তঞ্চ ব্রজেন্দুং ( ব্রজগী থা ওইরিবা কৃষ্ণবুস্থ ) অহং স্মরামি ( ঐনা নিংশিং-জরি ) ।৬॥

প্রদোষে (প্রদোষদা—অহিংগী মচিন্দা) সালীগণাং (সখীশিংগা লোয়নরিবী) অসিত সিত নিশাযোগ্য বেশাং (কৃষ্ণাশুক্লাপক্ষগী মতিক

দূত্যা বৃন্দোপদেশাদভিসৃত যমুনাতীর কল্পাগকুঞ্জাং ॥
কৃষ্ণং গোপৈঃ সভায়াং বিহিতগুণিকলালোকনং স্নিগ্ধমাত্রা ।
যত্নাদানীয় সংশায়িতমথ নিভৃতং প্রাপ্তকুঞ্জং স্মরামি ।৭॥

নিশালীলা ।৮।
( ১ )

তাবুৎকৌলব্ধসঙ্গৌ বহুপরিচরণৈর্বৃন্দয়ারাধ্যমানৌ ।
গানৈর্নর্ম্মপ্রহেলী স্থলপননটনৈ রাসলাস্যাদি রঙ্গৈঃ ॥

চাবা— অমুবা, অসৌবা বেশ থোল্লবী) বৃন্দোপদেশাৎ (বৃন্দাগী য়াথ-দগী) দূত্যা (দূতি লাক তুনা) অভিসৃত যমুনাতীর কল্পাগকুঞ্জাং (যমুনা মপাল কল্পবৃক্ষগী নিকুঞ্জবন্দা অভিসার তৌরবা) তং রাধাং (অতুম ওইবী শ্রীরাধাবু) সভায়া (নন্দগী সভাদা) গোপৈঃ (গোপশিংগা লোয়ননা) বিহিত গুণিকলালোকনং (গুণ লৈবশিংগী জগোই, ঈশৈ নাচংবা বুৎস্ক য়েংলিব) স্নিগ্ধমাত্রা (নুংশিজরবী যশোদানা) যত্নাৎ (যত্ন তৌনা) আনীয় সংশায়িতং (পুহল্লকুনা চেপ হল্লবা) অথ (অদুগী তুংদা) নিভৃতং (য়াম্না থুপ্না) প্রাপ্তকুঞ্জ (সঙ্কেত কুঞ্জ য়োবর) কৃষ্ণ (শ্রীকৃষ্ণবু) অহং-স্মরামি (ঐনা নিংশিংজবি) ৭

নিশায়া (মহানিশাদা—অহি দণ্ড ১-গী মনুদা) উৎকৌ উৎকণ্ঠা ওইনরব) লব্ধসঙ্গৌ (মিলন ওইনবা) বহু পরিচরণৈঃ (অয়াম্বা সেবা-দাসীগ লোয়নবা) বৃন্দয়া—(বৃন্দাদেবীনা) আরাধ্যমানৌ (আরাধন তৌরিবা) গানৈঃ (ঈশৈ খীবকনা) নর্ম্ম প্রহেলী-স্থলপন নটনৈঃ—(পরিহাস, প্রহেলা, নিংথিজবা বাহৈ, জগোইনাচিংবা) রাসলাস্যাদি রঙ্গৈঃ (রাসলীলানচিংবগী নুংঙাইবনা মরম ওইতুনা; প্রেষ্ঠালিভিল সক্তৌ (চান্নরবি সখিশিংগা ঙাল্লবা) রতিগত মনসৌ (রতিরসদা পুক্নিং চংলবা)

প্রেষ্ঠালিভির্লসন্তৌ রতিগত মনসৌমিষ্টমাধ্বিকপানৌ ।
ক্রীড়াচার্য্যৌ নিকুঞ্জে বিবিধরতিরণৌদ্ধত্য বিস্তারিতান্তৌ ।৮।।

( ২ )

তাম্বুলৈর্গন্ধমাল্যৈর্ব্যজন হিমপয়ঃ পাদসম্বাহনাদ্যৈঃ ।
প্রেম্না সংসেব্যমানৌ প্রণয় সহচরী সঞ্চয়েনাপ্তশান্তৌ ।।
বাচা কান্তেরনাভিনিভৃত রতিরসৈঃ কুঞ্জসুপ্তালিসংঘৌ ।
রাধাকৃষ্ণ নিশায়াং কুসুমশয়নে প্রাপ্তনিদ্রে স্মরামি ।৯।।

মিষ্টমাধ্বিক পানৌ ( মধুপান তৌরবা ) ক্রীডাচার্য্যৌ ( রসজ্ঞ ওইরবা ) নিকুঞ্জে ( নিকুঞ্জ মন্দিরদা ) বিবিধরতিরণৌদ্ধত্যাবিস্তারিতান্তৌ ( মখল অয়াম্বা রতিকেলিগী হরাওবা শন্দোক্লিব) প্রণয় সহচরী সঞ্চযেন ( প্রিয়সখীগী মপৈনা ) তাম্বুলৈঃ ( তাম্বুলনাচিংবা ) গন্ধমাল্যৈঃ ( চন্দন, লৈথিবক্কা) ব্যজনহিমপয়ঃ পাদসম্বাহনাদ্যৈঃ ( হুমাই, চামর, অয়িংবা জল, পাদ সম্বাহননাচিংবনা ) প্রেম্না ( প্রেমগা লোয়ননা ) সেব্যমানৌ (সেবা তৌরিবা) বাচা আপ্ত শান্তৌ ( নিংথিবা ৱাৈনা মুঙাইনরবা ) কান্তেরনাভিঃ ( শ্রীমতিনা প্রেরণ তৌরকপা ) নিভৃতরতিরসৈঃ ( অথুপ্পা রতিরসনা মরম ওইদুনা ) কুঞ্জ সুপ্তালিসঙ্ঘৌ ( কুঞ্জগী অকোইবদা সখীশিংনা তুমলিবা ) কুসুম-শয়নে ( কুঞ্জগী মনুং পুষ্পশয্যাদা ) প্রাপ্ত নিদ্রৌ চেপথরবা ) তৌ রাধাকৃষ্ণৌ ( শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিবু ) অহং স্মরামি (ঐনা নিংশিংজরি ) ।৮।৯।।

ইতি শ্রীমদ্রূপগোস্বামী বিরচিতং শ্রীরাধাকৃষ্ণস্মরণমঙ্গলং অষ্টকালীয় লীলাস্তোত্রং সমাপ্তম্ ।

# শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভোরষ্টকালীয়
# লীলা ব্যাখ্যা।

—:(০):—

নিশান্তগী মতমদা শুকশারিকা, কোকিলনাচিংবা পক্ষীনা মাগী মাগী শব্দনা খোংলবদা শ্রীগৌরাঙ্গগী মন্দিরদা থম্লিবা পিঞ্জরাগী শুকনা হন্না জাগায়রক্লবদা, ব্রজভাবতা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী নিশান্তলীলা নিংশিংহনা হন্না হন্না তৃমথৈ।

বিষ্ণুপ্রিয়াদেবীনা হৌগৎলহুনা শচীমাতাগী প্রাঙ্গন য়ৌরকপদা শচীনা প্রাতঃস্নানগী য়াথং পীবা মতমদা অদ্বৈতপ্রভুগী প্রিয়া সীতা ঠাকুরাণী, মালিনীনাচিংবী ভক্তগী গৃহিনীমথৈ ছন্না থুংলরে। মতম অসিদা শচীনা শ্রীগৌরাঙ্গবু হৌদোক্লগা স্বর্ণথালিদা ঘীগী প্রদীপ শেন্নহুনা মালিনীবু আরাতি তৌহল্ল।

অহুগী তুংদা মপান্দা লেংথোক্লগা বাহ্যাগারদা প্রাতক্রিয়া তৌহুনা দন্তধাবন মুখপ্রক্ষালণনাচিংবা ভক্তনা সেবা তৌহুনা লোয়রগা রত্নাসনদা লেংশিন্দুনা ফম্লে। শ্রীনিত্যানন্দনা য়েত্তা, গদাধরনা ওইদা, মাংদা— অদ্বৈত প্রভু, অকোইবদা শ্রীধর, শুক্লাম্বরনাচিংবা ভক্তগা আলাপ তৌই।

প্রাতদা ভক্তশিংগী গৃহিণী মথৈনা ফজবা শ্রীগৌরাঙ্গগী রূপদর্শন তৌরহুনা মহৈ মহৈ বর্ণন তৌই। অহুগী তুংদা গৃহিণী মথৈ স্নানগী দমক হন্নখ্রে। বিষ্ণুপ্রিয়াবা স্নান কারকপদা সীতা, মালিনীনচিংবী— নবদ্বীপকী বৈষ্ণবী ভক্ত গৃহিনীমথৈ চন্না থুংলরে।

বিষ্ণুপ্রিয়ানা রসুই হৌবা মতমদা সীতা ঠাকুরাণীনা কয়া তাকই,

মালিনীনা সেবা তৌই। বৈষ্ণবীশিংনা মানা মানা বৎনিংবা পুশিল্-লকপা বস্তু অদু ওম্না পাক তৌই।

মনাই ঈশানদা শচীনা প্রভু চাইখনবা য়াথং পিরে। ভক্তশিংনা গঙ্গাপূজাগী দ্রব্য অমসুং অশেংবা ফী পুরদুনা শ্রীগৌরাঙ্গনা ভাগিরথী গঙ্গাদা স্নানগী লেংখরে।

স্নান লোইরগা গঙ্গাগ পূজা কৎলে অমসুং স্তব বন্দনা তৌরগা জল লৌদুনা লেংখৎলগা তুলসী চায়থরে। তিলক তৌরগা লোক-মর্য্যাদাগী দমক শ্রীমন্দিরদা বিষ্ণুপূজা কৎলদুনা অহানবদা সন্দেশ কৎলগা কায়থোকতুনা শচীনা অমুরক হন্না মাণকুট রাহ তৈরগা বিষ্ণু-প্রিয়ানা হৌরিব অন্ন ব্যঞ্জন পুন্নমক অমুকহন্না কৎলগা প্রদীপ পুশিল-লকতুনা প্রভুনা আরতি কৎলে।

শ্রীগৌরাঙ্গ, অদ্বৈত, নিত্যানন্দনচিংব ভক্ত পুন্নমক শচীনা পরি-বেশন তৌদুন, প্রসাদা ফ মিন্নবগা আচমন লৌরদুনা তাম্বুল হ'বগা প্রভুদি তাংহাক্তং বিশ্রাম তৌরগা চেপশ্রে। সাতা, মালিনীন'চিংবী ভক্তগী গৃহিণীশিং শচীগ প্রসাদা ফংমিন্নরে, বিষ্ণুপ্রিয়াসু প্রসাদা ফংলে।

পূর্ব্বোক্ত মতমদা লেংখৎলগা মুখ প্রক্ষালণ তৌরদুনা ভক্তশিংগা গঙ্গাতীরদা লৈবা শুক্লাম্বরগী মন্দিরদা লেংলদুনা মন্দিরদা শুক্লাম্বরনা পাদ্য, অর্ঘ্য, লাংদুনা নানা সেবা তৌই। ব্রজগী ভাব চংদুনা প্রভুনা দাদা বলরাম, শ্রীদাম, সুদাম, ধবলী, শ্যামলী, কৌর কোবদুনা প্রেম তৌই, ভক্তশিংসু প্রেমদা তাওরে। তাহহক লৈরগা শ্রীধরগী যুমদা অমুক লেপগা সংকীর্ত্তন তৌদুনা কোই।

মধ্যাহ্নদা গঙ্গাতীরগী পুষ্পবন মুংঙাইবনা তিল্লবা, কদম্ব মপান্দা কোইশিল্লবা, কেতকী, নাগেশ্বর, লৈহাওনচিংবা লৈনী জাতনা শুনা শাৎলবা বন মমুংদা নিংথিরবা লিক্লাইনা য়ুম্বী ওইরগা মণিনা ফক্লাং

খারবা, থোং মরিনা মাইগৈ মরিদা নিংথিবা, থোংনাও নিপান পানবা, অয়াম্বা হৈ লৈগী নিংথি নিংথিবা মওং মতৌ লৈরোংনচিংবা কোইনা য়েকপা, মনুংদা রত্ন-সিংহাসন মথক্তা থাগল খল্লবা রত্ন-মন্দির অমা লৈ। মন্দিরগী মমাংদা পুখ্রী অচৌবা অমা লৈ, ওান্নু, কাংওনা কয়াঁশাদৈ। মন্দিরগী মনিংদা খারমলৈশোক হৌই। মমাংথংবা প্রাঙ্গন্দা তুলসী-বন্না নিংথি, অরাংদা তিংখৌনা পুমশং শংই, কদম মথক্তা রাহোংনা খোংই, কুমথরগা মখোংদা জগোই শাই, শুক শারীনা মুংশি মুংশনা খোংই।

মন্দির অসিদা লেংশিল্লগা ব্রজগী ভাব চংহুনা শ্রীগৌরাঙ্গনা মুংডাই, ভক্তশিংনা সেবা খাল্ল। ক্ষণ অমদা "এগী বংশী কনানা পুখি?" হংলকই, ক্ষণ অমদা "জলকেলী শান্নরসি" হায়রগা পাশা-খেলাগী ভাব চংই, অমুক "সূর্য্যপূজা চৎলাসি" হায়হুনা গদাধরগী খুজে. পায়হুনা কোয়না ভ্রমণ তৌই।

অপরাহ্ণদা শ্রীনবদ্বীপকী গালদা নগর ভ্রমণ কোইনা লেংলগা গঙ্গাতীরদা বিশ্রাম তৌরগা গঙ্গা বন্দনা তৌই। মন্দিরদা লেংশিন-লকপদা শনবাশিং উরগা ধবলী, শ্যামলি কৌরহুনা প্রেম তৌই।

সায়ংদা স্নান তৌরগা শিলামূর্ত্তি বিষ্ণুগী সেবা তৌরগা আরাতি শয়ন সেবা লোইরগা প্রসাদ ভোজন তৌদুনা বিষ্ণুপ্রিয়ানা তাম্বুল সেবা কংপা হারগা শ্রীবাসগী মন্দিরদা লেংলক্লে। শ্রীবাসনা চরণ শেংহুনা পূজা কৎলি।

প্রদোষদা— অহিংগী মচিন্দা অদ্বৈতপ্রভুনা শ্রীবাসগী মন্দিরদা শ্রীগৌরাঙ্গগী আরাতি কৎহুনা পুষ্পাঞ্জলি কৎলি, পুষ্পমালা চন্দননা-চিংবা নিতিগী কৎলি। ভক্তশিংনা মানা মানা পামজবা সেবা লাংনৈ।

অহিংগী দণ্ড ১২ দি শ্রীবাসগী মন্দিরদা শ্রীবাস অঙ্গনদা ভক্ত-শিংগা সঙ্কীর্ত্তন শকতুনা জগোই শাত্থনা শান্নরগা মন্দিরদা নিশান্তগী মতমদা লেংশিন্দুনা চেপই।

মাসিনা বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিগী মতনি।

---

# শ্রীরাধাকৃষ্ণয়োরষ্টকালীয় লীলা ব্যাখ্যা।

শ্রীরাধাগোবিন্দগী অষ্টকালগী লীলা হায়বা কাল নিপান্দা শান্নবা লীলা অসি শ্রীগৌরাঙ্গগী কৃপানা শ্রীরূপ গোস্বামীনা শ্লোক ওইনা সূত্র ফোংবিরম্বদগী অতৈ অষ্টকাল লীলা বর্ণন তৌনরিবা কৃষ্ণদাস কবিরাজগী, গোবিন্দদাসগী, যদুনন্দনগী বর্ণন পুম্নমক শ্রীরূপকী সূত্র য়েংদুনা লেংবা ঙাক্তনি।

অনন্ত সংহিতাদা বৃন্দাদেবীনা নারদমুনিদা তাকপা অষ্টকাল লীলা অমনি। পুম্নমক অসি কবিভক্তিগী মতুংইন্না খজিক খজিক খেন্নবা য়াওই, রসাভাষ দোষ লৈত্রবদি অচুম্বা ঙাক্তনি।

প্রাতঃ. পূর্ব্বাহ্ন, মধ্যাহ্ন, অপরাহ্ন কাল মরি অসি দিবা—নুংথিল কৌই। সায়ং, প্রদোষ, নক্ত, নিশান্ত মরি অসিনা রাত্রি—অহিং কৌই। "চত্বারোঽহ্নি প্রাতরাদ্যা এষা শেষানিশি স্মৃতাঃ।" হায়খিবদগী।

## প্রাতঃলীলা।

যাবটলোমদা মুখরানা শ্রীমতি জাগায়দুনা লেংখৎলগা দন্তধাবন মুখ প্রক্ষালণনাচিন্না সেবাসখী মঞ্জরীশিংনা লাংবা মতমদা নন্দগ্রামদগী

যশোদানা শ্রীকৃষ্ণ জাগায়তুনা দন্তধাবন শ্রীমুখপ্রক্ষালণনাচিংবা সেবা শঙ্গাই মনাইশিংনা তৌই। করিগুম্বদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিমক যমুনাদা প্রাতগী দণ্ড অহুম শুরকপদা জলকেলি শান্নরগা অকংবা কী থোন-চুনা সখীমঞ্জরীশিংনা লডু, বেড়ানচিংবা সন্দেশ কংতুনা শ্রীকৃষ্ণনা হাই। সখীশিংনা প্রসাদী ফংই।

অতুদগী মন্দিরদা লেংখৎলগা বেশাগায়দা বেশ থোক্লি। তত্ত-যদি মন্দিরগী স্নান বেদীদা স্নান তৌই, নুমিৎ খুদিংগী যশোদানা কুন্দলতা থারক্তুনা জটিলাদগী বিদায় লৌরগা শ্রীমতিনা সখী মঞ্জরী-শিংগা লেংলকপদা শঙ্গোম শুম্নবা শ্রীকৃষ্ণদর্শন ওই, কৃষ্ণসু অঙোৌবীনি হায়দুনা অঙৌবা লানদা খুয়ো লৌই।

নন্দালয়দা শ্রীরাধানা যশোদা খুরুম্মি। যশোদানা নববধূ ওইনা মুংশিনা কোল্লি। অমা পিতুনা রোহিণীগা লোইননা রসুইঘরদা লেংশিল্লগা, মতুং চনবা সখীনা অলঙ্কার খর লৌথোক্লগা লুক হৌরে। যশোদানা শঙ্গোম শুম্বা লোইরবা কৃষ্ণবু স্নান তৌহন্দুনা সখা বলরাম লোইননা লুক হায়ে।

তাম্বুল হারগা ভাইহক্তুং চেপই; শ্রীমতিসু রোহিণীনা পরি-বেশন তৌতুনা সখীসিংগা ভোজন তৌবা মতমদা ধনিষ্ঠানা শ্রীকৃষ্ণগী প্রসাদী শ্রীমতিদা হাইনখি। অতুগী তুংদা পালঙ্ক অমদা ভাইহক্তুং বিশ্রাম তৌবা মতমদা ধনিষ্ঠানা সঙ্কেত তৌরকতুনা নন্দঘাগতা রাধা কৃষ্ণ যুগল ওই। অষ্টসখী মঞ্জরীশিংনা সেবা তৌই।

গোষ্ঠ মতম ওইরক্লতুনা মন্দিরদা লেংশিল্লে। যশোদানা নট-বর বেশ শেম্নতুনা দর্শন তৌই। শ্রীরাধাসু সখীশিংনা পাদপ্রক্ষালণ-নাচিংবা সেবা তৌতুনা বেশ থোল্লগা বিদায়গী যশোদা খুরুমই।

যশোদানা নববধুগী দমক থম্বা অলঙ্কার শ্রীরাধাদা পীথোক্লে।

## পূর্ব্বাহ্নলীলা।

যশোদা খুরম্নগা সখা, ধেনুগা, শ্রীকৃষ্ণনা বন যাত্রা তৌরে। থাদোকপা ওমদহুনা ব্রজবাসীনা তুংক্টন্নৈ। শ্রীরাধানা সখীশিংগা আট্টালিকাদা দর্শন তৌই। নয়ননা সঙ্কেত তৌহুনা শ্রীরাধাব শান্তায়খম্নগা বন য়োপরে। সখীগা লোইননা যাবট যৌরগা পাদপ্রক্ষালণ তৌহুনা শ্রীমতিদা পোত্থায়, সখীশিংনা সেবা খল্লি।

আসোমদা শ্রীকৃষ্ণনা রাধামিলনগীদমক সখাছল তৌহুনা রাধাকুণ্ডদা লেংলক্লে। আসোমদা শ্রীরাধানা তুলসীবু সঙ্কেতকীদমক থাখি, তুলসীনা পুরকপা সঙ্কেতবার্ত্তা তারগা বেশভুষণ তৌহুনা জটিলাগী অনুমতি লৌরগা সখাশিংগা সূর্য্যপূজাগী উপচার পুহুনা যাত্রা তৌরে। সূর্য্যমন্দির য়োরগা সখাদা পূজাবস্তু শিন্নরম্নগা লৈ হেকপগী ছল তৌরহুনা শ্রীকুণ্ড য়োনা লেংলকপদা দর্শন ওইনহুনা অয়ামবা ভাব বিকার ওইরে।

## মধ্যাহ্ন লীলা।

দর্শনগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী উৎকণ্ঠানা অমসুং শ্রীরাধাগী বাম্য স্বভাবনা মরম ওইহুনা বিলাস, ললিত, কিলকিঞ্চিতনচিংবা ভাবনা লৈত্তেং ওই। কাম যজ্ঞদা ললিতানা, কুণ্ডলতানা নিয়ম তৌহুনা দিকপাল পূজা, পঞ্চদেবতা পূজা, রাহুলীলা বংশীহরণ, লীলা শান্নৈ, ললিতানন্দদা কুঞ্জদা রতিকেলীনচিংবা বনলীলা শান্নরগা বৃন্দাদেবীদগী বংশী ফংলহুনা কৃষ্ণনা মুংঙাই ॥

বংশীহরণ লীলাদি দোল লালাদা ছুবম্নু লৈ, দোল লীলা ফাগু খেলনচিংবা শান্নরগা রারহুনা কল্পবৃক্ষ মখোংদা বিশ্রাম তৌই। রত্না-

সন্দা ফমই, বৃন্দাদেবীনা মধু কৎতুনা মধুপানদগী সখীশিংসু ভম্না উন্মাদ ওইরতুনা মাগী মাগী কুঞ্জদা ভম্না তুম্নরে। শ্রীরাধাগোবিন্দগী নিধুবনলীলা মপুং ফাবা মতমদা শ্রীরাধানা ইনশিন্দুনা সখীলীলা মশা লোংতুনা শান্নে। মতম অসিদা অনুচরীদাসী মঞ্জরীগম্না কুঞ্জ-গবাক্ষদ্বারদা যুগললীলা দর্শন তৌজে। মতম খংবি সেবা অনুচরিনা জলপাত্র পুশিল্লকই, রাধাকৃষ্ণ অনিনা কুঞ্জগী মপান্দা লেংথোক্লগা নিজ নিজ কৃত্ত তৌবতুনা অমুক লেংশিল্লকপদা পাদ্য অর্ঘ্য সেবা চন্দন পুষ্পনচিংবা সেবা খন্দুনা শ্রীরাধাগোবিন্দবু ম্ন ওইহল্লি।

খন্তুভে জন মতম ওইরবদা শ্রীকুণ্ডগী জলকেলী শান্নবগা রত্ন-মন্দিরদা লেপ সাজন তৌবে ॥

অদুগী তুদা বৃন্দাদেবীনা লাবা ফলমুল নিখিরবা উপহার মযান শান তন পরিবেশন তৌতুনা হাংগা আচমন লৌতুনা শ্রীকৃষ্ণনা পুষ্প শয্যাদা চেপখরে। সেবা অনুচরী দাসনা তাম্বুল সেবা খন্দুনা তাম্বুল চাবে, চামর, পাদ সম্বাহন চংবা সেবা তৌরে। মতম অসিদা শ্রীরাধানা সখীশিংগা কৃষ্ণগী শেস প্রসাদ যাংলগা শয্যালয়দা লেং-শিন্দুনা শ্রীকৃষ্ণগী মুখচন্দ্র দর্শন তৌই, সখী মঞ্জরীশিংনা কোইনা শ্রীরাধাগোবিন্দগী তাম্বুলসেবা চামর, পুষ্প জলিনচিংবা নানাসেবা থন্নে।

শ্রীকৃষ্ণগী কপট নিদ্রা অদু লৈয়তুনা হাস পরিহাসদা কয়া লুং-লাইনরে। ক্ষণ মতম চেৎনুরগা লেংখৎতুনা রাধাকৃষ্ণ অনিমক নিংথিরবা আসন্দা ফম্নগা পাশা খেলাগী পন তৌনবে। বৃন্দাদেবীগী কুঞ্জদা পাশাখেলা শান্নবদা শ্রীরাধানা জয় ওইরে। মতম অসিদা বৃন্দাদেবীনা যাবটতা থাখিবা সুক্ষ্মধী শারিকানা যটিলা লাক্লে হায়-রতনা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা কুঞ্জেনরাদা লেংথোক্লে।

অনন্ত সংহিতাদদি— শ্রীমতিগী ইঙ্গিত য়েংদুনা শ্রীরূপমঞ্জরীনা মধু পুশিল্লক্ত্না খল্লয়ে, মধু উবদা শ্রীমধুসূদন হুংঙাইরদুনা লৌরগা শ্রীরাধাদা পীশিল্লে, শ্রীরাধানা মধুপাত্রদা মিৎয়েং তারগা শ্রীকৃষ্ণদা মধুপান তোহল্লি, শেষ প্রসাদী অদু সখীশিংগা য়েন্নদুনা ফংনরে। মহৈ মহৈ মধুপানগী উন্মাদনা ঈশৈ শকপা য়াওরে, কপ্পা য়াওরে, অগোই শারে শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছালতানা গোপী পুন্নমক ওয়্না পুনখরে। অদুগী তুংদা— শ্রীরাধাকুণ্ডদা স্নানগী দমক গোপী ময়াম পুরদুনা লেংখরে। অমুক জলকেলী শান্নরগা লেংখৎতুনা অকংবা বস্ত্র থোল্লগা কুঞ্জদা লেংশিনদুনা ফম্লে। অমুকহন্না বন্যভোজন তৌরে। নিংথিরবা আসনদা ফমলগা শুকশারীগী আলাপ তারদুনা সেবাপরা সখীশিংনা নানা সেবা লাংই।

লেংথোক্লগা রত্নবেদীদা ফমদুনা হাস পরিহাস ওাংনবা মতমদা সখাশিংদি মতম য়েংবদা লৈবা ওয়্নক্লরে। শ্রীরূপমঞ্জরীনা রাধাশ্যাম মতম লৈরক্লরে, লেংনবা থোরাং তৌবিরো, হায়রিঙেদা সুবল, মধুমঙ্গলনা মতম লৈতরে লাওররে, তাবদ। শ্রীরাধানা সখীশিংগা কুঞ্জেনবা য়োনা লেংথোক্লক্লে।

কুন্দলতানা শ্রীরাধাবু অমুক সখীগা পুরদুনা সূর্য্যমন্দির য়োনা লেংলক্লে, শ্রীকৃষ্ণসু খরা লেংথোকল্লগা ব্রাহ্মণ শাদুনা ফাওরক্লে, নামদি বিশ্ব শ্রমা কৌই হায়না মধুমঙ্গলন থাজহল্লদুনা বৃন্দানা য়াম্না হরাওরদুনা শ্রীকৃষ্ণনা পুরোহিত ওইদুনা ইবেম্মনা সঙ্কল্পদা যৌবন সর্ব্বস্ব কৌবা লন অদু শ্রীকৃষ্ণদা কথোক্লে।

মধুমঙ্গলনা অচা অথক য়াম্না ফংলদুদা হরাওনা লখা মরক্তা কৃষ্ণগা লেংখরে। শ্রীমতিসু সখীশিংগা যাবটতা লেংলক্লে।

## অপরাহ্নলীলা।

যাবট য়োরগা সখীশিংনা চরণ শেংত্তুনা শয্যাদা বিশ্রাম তৌরে, সখীশিংনা পাদসম্বাহননাচিংবা সেবা তৌই। অসোমদা কৃষ্ণস্থ সখা-শিংগা শলবী ময়াম খোমত্তুনা গৃহাগমন ওইরক্লে। বংশীধ্বনিনা ব্রজ-বাসীশিংগী পুকচেল ভুম্না আকর্ষণ তৌখরে। ময়ম অত্তুনা মহৈ মহৈ চেম্ষোক্লরকত্তুনা লমজাও ফুম্না দর্শন তৌনৈ।

শ্রীরাধাস্থ শয্যাদগী লেংখৎলগা ষোড়শ শৃঙ্গার কৌবা বেশ সখী-শিংনা থোল্লে, শ্রীকৃষ্ণনা হাননবা সন্দেশ থৌরাং তৌরে, সখী ময়ামগা অট্টালিকাদা দর্শন ওই। অসোমদা শ্রীকৃষ্ণনা পিতা-মাতা থুরমই। রোহিণী থুরম্লগা কটাক্ষনা প্রিয়াশিংবু পেলহল্লগা সখাবিদায় তোত্তুনা শল হোইজিলখরে। রোহিণী যশোদানা রাম কৃষ্ণ ওক্লত্তুনা পুশিল্লক্লগা নিংথিনা স্নান তৌথো'ক্ল, নটবরবেশ শেম্লগা ক্ষিরসর ননী পুথোক্তুনা পিজরগা শঙ্গোম শুম্বা লেংখরে।

ধনিষ্ঠানা কৃষ্ণগী প্রসাদী পুরকত্তুনা শ্রীমতিনা সখীশিংগা কং-মিন্নরগা অট্টালিকাদা গোদোহনলালা দর্শন তৌই।

## সায়ংলীলা।

সন্ধ্যাগী মতম উরত্তুনা যশোদা রাণীনা শ্রীরামকৃষ্ণবু মন্দির মমুংদা সিংহাসন্দা ফমহল্লগা রোহিণীগা লোইননা আরাতি তৌই ব্রজবধূশিং থোংনাওদা রামকৃষ্ণ দর্শন তৌই। যাবটলোমদনা সখী-মঞ্জরীশিংনা শ্রীরাধাগী আরাতি তৌই। তুংদা শ্রীরাধানা চর্ব্ব্য, চূষ্য, লেহ্য, পেয়, কৌবা সন্দেশ কৃষ্ণনা হাননবা ধনিষ্ঠাদা সঙ্কেত তাম্বুলগা লোইননা থারক্লে। নন্দ মহারাজনা গোষ্ঠদগী লাক্লগা বিষ্ণু থুরম্লত্তুনা মন্দিরদা রামকৃষ্ণ পুশিন্দুনা উপনন্দগা ভোজন তৌই। মতম অসিদা

যশোদানা ধনিষ্ঠানা পুরকপা সন্দেশদো কৃষ্ণদা পিজৈ, ভোজন লোই-রবদা আচমন লৌহুনা লেংখোকখরবদা যশোদানা ধনিষ্ঠাদা শ্রীরাধাগী সন্দেশ পিখো হায়রবদা ধনিষ্ঠানা খংহুন্দনা কৃষ্ণগী প্রসাদী তুলসাদা পিয়হুনা থারক্লে। সঙ্কেত তাম্বূলনা কৃষ্ণদা লান্দুনা, নিধুবন্দা লেংনবা সঙ্কেত তৌখরে।

ধনিষ্ঠানা তুলসাগী তুংইন্দুনা যাবট য়ৌনা অমুক লাক্লে, কৃষ্ণনা তাম্বুল হায়গা শয়ন-মন্দিরদা ভাইহক্তুং বিশ্রাম তৌরগা নন্দগী সভাদা সভামোহনগী লীলা য়েংবা মতম অসিদা শ্রীরাধানা সখীশিংগা যাবট-তা থারক্লিবা কৃষ্ণগী অধরামৃত প্রসাদী ফংলে। আচমন তৌরগা শয্যাদা বিশ্রাম তৌরে। সখীদা "মতম কয়া থেংলে ?" তত্তনা হংই।

## প্রদোষলীলা।

নন্দালয়দা যশোদানা শঙ্কাই-মনাই রক্তক থাহুনা রামকৃষ্ণ কৌ-হুনলগা সঙ্গোম পিথকতুনা শয়ন মন্দিরদা তুমহল্লে, মতুংদা রাণীসু--তুমখরে। নিধুবনদা অভিসার তৌগদবগী তুম্বসু কয়া য়াদ্রে, যশোদা চিংনবদগী খিড়কীরোমদা লেংবা ভারদনা লৈ। যাবটতা শ্রীরাধাদি প্রদোষগী মচিন্দা শয্যাদগী লেংখৎলগা মুখ প্রক্ষালণ তৌরদুনা সখীনা শুক্লা কৃষ্ণাগী মতিকচাবা অঙৌবা অমুবা য়েংতুনা থোক্লে। মতুংদা সখাশিংগা খিড়কী লম্বীদা অভিসার তৌরকতুনা যমুনা মপানগী কল্প-বৃক্ষগী কুঞ্জদা থৌরে।

কুঞ্জগী নিংথিবা ভবদা মনোরথ তৌহুনা বাসকসজ্জা শেমহুনা ভাইবদা মতম খজিক্তুং চখরকপদা উৎকণ্ঠা তৌহুনা লৈরিভৈদা কৃষ্ণ থুংজরে।

## নিশালীলা।

কৃষ্ণ দয়শন কংলবদা মহৈ মহৈ ওয়া সুংঙাইনরে। কৃষ্ণনা লেংশিল্লকতুনা ওংগী শ্রীহস্তনা শ্রীরাধাগী য়েংকী খুজেং থারণ ওইরতুনা বনভ্রমণ লেংঙি। বৃন্দাদেবীনা মাং থারে, য়েত্তা ললিতা, ওইদা বিশাখা, সখীশিংনা কোইনা থোগন্দুনা লেংবনা নিকুঞ্জ মন্দির য়ৌরবদা রত্নাসনদা ফমতুনা বিশ্রাম ওই।

বৃন্দাদেবীনা কুঞ্জদা দাসীশিংগা হুমাইনচিংবা থন্দুনা অরাবা কোকহল্লি। ষডঋতুনা, মলয়া বাযুনা মখল কয়া সেবা তৌই, সখীনা সেবাদা কযা পেলহল্লি। মতম অসিদা কৃষ্ণনা ইবেম্মদা আদর তৌবতুনা হায—"রাধে! ঐদি নং ওইনিংলে।" তাবদা শ্রীমতিনা খুম্মী 'হোয, ইবুঙোদি ওইনিংবদা ওইবরি, সাধু অমুক ওই, ব্রাহ্মণ অমুক ওই, লম্পট ওইগে ঙম্মি। মংদম্ব ইবুঙোদি ব্রাহ্মণ মচা ওইনা পোকতুনা নথন্নতগী নাম শোন্দুনা কোইনা চৎলমই। আলাপ তৌরগা "বিশাখা জগোই শারো" হাযতুনা যুংথম্বীমখে জগোই শাহল্লে। গোবিন্দনা "ভাল ভাল' তত্তনা থাগৎলি।

সখী মযাম তানদুনা ইবুঙোগা ইবেম্মগা শাবো, হায়তুনা যন্ত্র ময়াম পাখথংলে। মাইগৈ মাব কোইশিল্লগা রাধাশ্যাম অনিনা লৈনা লৈনা কয়া শারে। অরাবা উরতুনা সখীশিংনা খামলে। সেবাপরা সখীমঞ্জরীশিং মখল মখল অবাবা কোক্লবা সেবা লাংলে। গোপীশিংনা পুরকপা বস্তুশি ওয়া পুনশিন্দুনা শ্রীরাধাশ্যামদা হাহল্লগা আচমন কংলে। তাম্বুল কংপা য়াওরে, পুষ্পমালা, পুষ্পাঞ্জলি কংতুনা যুগল সেবা তৌরে, প্রসাদী সখীশিং য়েন্দুনা কংই।

বৃন্দাদেবীনা মধুপাত্র পুরকতুনা কংলরে। মধুপানগী উন্মাদনা

শয়ন ওইরে। কৃষ্ণগী লীলা অমুদা যমুনাদা জলকেলী শাম্নরগা লেংখৎতুনা নিংথিবা বেশ ওয়া থোয়্রে, অয়াম্বা উপহার য়েন্দুনা নিকুঞ্জ ভোজন লোইরদুনা আচমন তৌরে; নিকুঞ্জ মন্দিরদা রাধাশ্যাম চেপ-খরে। সখীশিংসু মাগী মাগী কুঞ্জদা ওয়া শয়ন ওইরে। শ্রীরাধানা প্রেরণ তৌরদুনা চাম্নরবা সখামঞ্জরীদা লীলা য়েনবিরে, মন্দিরদা কৃষ্ণ লেংশিন্নকেপদা শ্রীরাধাদি খংহৌরে।

অসুম্বা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা শয়ন ওইপ্রবদা কনাগুম্বী লাইবকফবীনা পাদ সম্বাহন কংই। অয়াম্বা সখীশিং জ্ঞান লৈতনা তুম্বা য়াওই। কনাগুম্বী সখীশিংনা অনিগী শুষমা দর্শন তৌনৈ।

## নিশান্তলীলা।

নিশান্তগী মতম য়ৌরবদা অয়াম্বা পক্ষীনা বৃন্দাগী আজ্ঞাদগী মাগী মাগী থোম্মোকনা মুংশিনা জগায়রবদা সখীশিং ওয়া হৌগৎতুনা নিকুঞ্জদা চংশিন্নে। অদু ফাওবা রাধাশ্যামদি লেংদে। য়াজরদুনা শ্রীরূপমঞ্জরীনা মবেম্মগী চরণ কোনজরগা জাগায়বদা শ্রীরাধানা লেং-খৎলকপদা কৃষ্ণনা আক্রমণ ওই। শ্রীরূপমঞ্জরীনা প্রার্থনা তৌদুনা লেংখৎলগা ললিতানা আরাত্রি কৎলদুনা কৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী হস্ত ধারন ওইরগা কুঞ্জদগী লেংখৎলক্লে। বনপথদা লাক্লগা সখীশিংনা শান্তায়রদুনা যাবটতা শ্রীমতি পুরক্লে। শ্রীকৃষ্ণনা নন্দালয়দা লেংশিনখরে।

---

শ্রীশ্রীকৃষ্ণগৌরাঙ্গৌ জয়তঃ।

পূজ্যপাদ শ্রীগোপাল ভট্ট গোস্বামী বিরচিতঃ

# বেষাশ্রয় পদ্ধতিঃ।

## মঙ্গলাচরণম্।

বৈরাগ্যবিদ্যানিজভক্তিযোগংশিক্ষার্থমেকঃ পুরুষঃ পুরাণঃ।
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য শরীরধারী কৃপাম্বুধির্যস্তমহং প্রপদ্যে॥

গার্হস্থ্যকৃত্য সংপ্রাপ্তৌ নরমাত্রাধিকারিতা।
ব্রহ্মচর্য্যাদি কৃত্যে তু ত্রৈবর্ণিকামপেক্ষতে॥
ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়বিশামাশ্রমো বিধি বোধিতঃ।
স্ত্রী শূদ্র দ্বিজ বন্ধানামাশ্রমঃ প্রতিষেধিতঃ॥
সংস্কারাদিবিহীনত্বাৎ শুচনাৎ শূদ্র উচ্যতে।

---

গৌরপাদাব্জমধুপং গোপালভট্ট দেশিকম্।
সন্ন্যাস-পদ্ধতি-গ্রন্থং কর্ত্তারং প্রণমাম্যহম্॥

গৃহস্থ আশ্রম হায়বসি জাতি পুন্নমক্কী মী পুন্নমক্কী লৈকমনি—অধিকারনি। ব্রহ্মচর্য্য, বানপ্রস্থ সন্ন্যাসাশ্রম অহুমদি— ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য জাতি অহুমগী ওইনা শাস্ত্রনা হায়রে।

সংস্কার লৈতবনা পংবনা ৱাই হায়দুনা শূদ্র কৌই। শূদ্রনে, স্ত্রীনে, পতিত ওইরবা ব্রাহ্মণনে অহুম অসিদি ব্রহ্মচর্য্যনাচিংবা আশ্রমগী ধর্ম্মশাস্ত্রনা ককৃথৎপীরে।

সংস্কারনাচিংবা লৈতবদগী রারবা শূদ্রনা করিদগী ব্রহ্মচর্য্যনচিংবা

স কস্মাদ্‌ব্রহ্মচর্য্যাদি সংস্কারাদিকমর্হতি ॥
নিষেধ বচন যদ্যৎ পুরাণে শ্রুতিতে স্ফুটম্।
অবৈষ্ণবপরং তত্তদ্বিজ্ঞেয়ং তত্ত্ববাদিভিঃ ॥
বৈষ্ণবস্তু দ্বিধা প্রোক্তঃ সামান্য সম্প্রদায়িকঃ।
সামান্য স্তান্ত্রিকো জ্ঞেয়ো বৈদিকঃ সম্প্রদায়িকঃ॥
সম্প্রদায়ী দ্বিভেদঃ স্যাৎ গৃহী ন্যাসী প্রভেদতঃ।
তাপাদি পঞ্চসংস্কার গ্রহণাদ্‌গৃহী সংজ্ঞিতঃ ॥

---

আশ্রমগী ধর্ম্ম অসি মতিকচাবা ওইগদ্‌গে ? বেদ, শাস্ত্র, পুরাণনা হায়রিবা পুম্নমক তাৎপর্য্য খংলবা পণ্ডিতনা হায়রি—কৃষ্ণভক্তি লৈতবা, বিষ্ণু থৌওইদবা মহাকপু শূদ্র হায়না খংনৈ।

শূদ্রজাতিদা পোক্লবা নিপা অদুনা অমসুং লুপী অদুন। করিগুম্বা ভাগ্য অমদগী সাধুসঙ্গদগী শ্রীবিষ্ণু খংলবা অনন্যাভক্তি পামজরবদি—শাস্ত্রনা য়াদে, হায়ারবদো মাবু নত্তে। "ন শূদ্রাভগবদ্ভক্তাঃ" হায়্রে। কৃষ্ণগী মনাই ভক্তদি শূদ্র নত্তে।

বৈষ্ণব মখল অনিন— সামান্য, সম্প্রদায়িক অনি অসনি। সামান্য বৈষ্ণবতি সদ্‌গুরু লৈতবা তান্ত্রিকান হায়না খংনৈ সম্প্রদায়িক বৈষ্ণবতি সদ্‌গুরু পারম্পরা য়েংদুনা চৎপা বৈদিক'ন। অর্থাৎ সাত্বতমার্গদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ উপাসনা তৌরবস্ত বেদগী তত্ত্ব খংবদগী—বৈদিক হায়বনি।

সম্প্রদায়ী বৈষ্ণব অসি— গৃহী, সন্ন্যাসী অসুম্না মখল অনিনি। তাপ, পুণ্ড্র, নাম, মন্ত্র অমসুং যাগ সংস্কার মঙা অসি কংবদগী গৃহী কৌই।

তাপাদি দশসংস্কারসম্পন্নো স্যাসী সদ্যতঃ।
সন্ন্যাসী চ দ্বিধৈবাদৌ ব্রহ্মা বিষ্ণু পুরঃসরঃ ॥
ব্রহ্মসন্ন্যাসী এক্ষজ্ঞো দশনামা প্রসিদ্ধ্যতি।
বৈষ্ণবো ভক্তিমান্ন্যাসী সদা বিষ্ণুপরায়ণঃ ॥
অবিত্তো বা সবিত্তো বা ব্রাহ্মণোনামকীর্তনঃ।
বৈষ্ণবোঽহং গুরুরহমনন্যো মৎ পরায়ণঃ ॥
ত্যক্ত বর্ণাশ্রমোঽনন্যস্তাক্তস্তদ্ধর্ম্ম এব স।

যদহরেব বিরজেৎ তদহরেব প্রব্রজেদিতি চ বিধি। ৫
বিরক্তিমান্ গুরুং প্রার্থয়েত— ভো গুরো! সম্প্রদায় সাধ্য সাধনা-

তাপনচি বা সংস্কার তরা ফংলবদি মমিং বৈষ্ণব বিষ্ণু সন্ন্যাসী কৌরে

সন্ন্যাসীসু অহানবদা মথল মাননি। ব্রহ্ম নি বা অর্থাৎ— নিরাকার ব্রহ্মগুনদা মাংগুনশিনবা অদুনা ব্রহ্মসন্ন্যাসী কৌই। তীর্থ, আশ্রম, বন, অরণ্য, গিরি, পর্ব্বত সাগর, সরস্বতী, ভারতী, পুরী, অস্থম তৌনা মমিং জবা খোকই।

কৃষ্ণভক্তি চংপ সন্ন্যাসীনু বৈষ্ণব সন্ন্যাসী কৌই। শ্রীভগবান্না হায়রি — মকৈ কৈরবনু হৈত্রবনু ব্রাহ্মণজাতি অদু এগী দেহনি, অনন্য ভক্তিনা এবু সুংশিরবা অদুনা গুরু অমা এনি হায়াব। অনন্যভক্তি হায়বদি— এগী দমক্তা জাতি, ধর্ম্ম, আশ্রম-ধর্ম্ম ফাওবা থাদোকপা ঙম্বা হায়রি।

মুমিং অদুদা বৈরাগ্যভাবনা উদয় ওইরকপা [ বিরক্ত ওম্বা ] মুমিং অদুদা সন্ন্যাসগ্রহণ তৌগনি, হ'না অসি সন্ন্যাস প্রকরণ অসিদা বিধিনি। গৃহনচিংবা বিষয় ককপা ঙম্বনা গুরুদা হায়জগনি— "হে

প্রাজ্ঞ ? অস্মিন্ ভারতে সংসারাস্মাং ত্রাহি, সন্ন্যাসং দেহীতি। অতঃ স্বমত সম্প্রদায়ি সন্ন্যাসধর্ম্ম সাধ্য সাধনানুষ্ঠানাপ্রাজ্ঞস্য সন্ন্যাসধর্ম্মগ্রহণ সংস্কারাপ্রাজ্ঞত্বাৎ গৃহি গুরুনাকৃতঃ সন্ন্যাসো নিরস্ত ॥

তত্র সংস্কারা যথা।

মুণ্ডনং প্রথমং কুর্য্যাত্তীর্থস্নানং দ্বিতীয়কম্।
তৃতীয়ং হরিমন্দির-তিলকং ভাল শোভিতম্ ॥
চতুর্থং চন্দনৈর্গাত্রে নাম মুদ্রাদি ধারণম্।
পঞ্চমং কৌপীনশুদ্ধিং ষষ্ঠং প্রাণপ্রতিষ্ঠকম্ ॥
সপ্তমং হরিদাসাদি নামমাত্র প্রকল্পনম্।
অষ্টমং বামকর্ণেঽগ্রে বিষ্ণুমন্ত্রস্য ধারণম্ ॥
অষ্টাদশাক্ষরৈশ্চৈব পঞ্চপদাদি ভেদিনঃ।
নবমং চাচ্যুতগোত্র স্বীকারং সর্ব্বপূজিতং ॥
শালগ্রামার্চ্চনং ভক্ত্যা দশমং পরিকীর্ত্তিতম।

গুরুদেব! সম্প্রদায়গী সাধ্য সাধনতত্ত্ব খংলবা! অসঙ্গুম্বা সম্প্রদা তারবা ঐ অসিবু লানবিয়ু, সন্ন্যাসধর্ম্মবু গুরুনা বনা পীনবিয়ু। হায়-রিবা মরম অসিদগী সম্প্রদায়গী সাধ্য সাধন খংদবা গৃহীনা গুরু ওইনা য়াদ্রে

সন্ন্যাস মতমদা সংস্কার তরানি। অহানবদা ১। শম কোকপা, ২। স্নান তৌবা, ৩। হরিমন্দির কৌবা তিলক থিনবা, ৪। নাম মুদ্রা ছাপা থাবা, ৫। কৌপীন শুদ্ধিঃ, ৬। কৌপীনগী প্রাণপ্রতিষ্ঠা, ৭। হরিদাসনচিংবা নাম থোনবা, ৮। ওইগী নাকোংদা অষ্টাদশাক্ষর নাম পীবা, ৯। পূজা তৌনরবা অচ্যুতগোত্র লৌবা, ১০। শালগ্রাম-নচিংবা সেবা তৌবা।

এভির্দশভিঃ সংস্কারৈর্বিষ্ণুসন্ন্যাসীবৈষ্ণবঃ।
তাপাদি পঞ্চসংস্কারৈর্জাতব্যো গৃহীবৈষ্ণবঃ।
সংস্কারভেদ সংপ্রাপ্ত্যা সংজ্ঞাভেদো ভবেদ্দ্বয়োঃ॥

যদ্যপ্যত্র সন্ন্যাসার্থং দশসংস্কারণমুক্তং তথাপি তাপাদি যাগান্তং দীক্ষাঙ্গভূতং তদপরঞ্চ সন্ন্যাসাঙ্গভূতং। তস্মাদেব পূর্ব্বপ্রাপ্ত পঞ্চসংস্কারং বা তৎকালগৃহীত পঞ্চসংস্কারং বা যোগপট্টাদিকং ধারয়েৎ।

তত্র প্রথমঃ সংস্কারঃ।

ক্ষৌরার্থে প্রার্থনং—"মস্তকং মুণ্ডয় মুণ্ডিন্ শিক্ষাং সংস্থাপ্য যত্নতঃ।
শ্রদ্ধা মে কৃষ্ণচৈতন্যপদাব্জে বিক্রয় স্থিরঃ॥
পিতৃ মাতৃ সখা সর্ব্বে বান্ধবা মে হিতৈষিনঃ।

সংস্কার (১০) অসিদা সন্ন্যাস তৌরবদো বৈষ্ণব-সন্ন্যাসী কৌই। তাপ, পুণ্ড্র, নাম, মন্ত্র, যাগ সংস্কার মঙা অসিনা গৃহীবৈষ্ণব কৌই। বৈষ্ণবকী তত্বদি অমগনি, সংস্কারগী গৃহী বৈষ্ণব অমসুং সন্ন্যাসী বৈষ্ণব অসুম্না অনি থোকপনি।

সন্ন্যাসগী দমক সংস্কার তরা হায়বি। গৃহী অতুনা সদ্গুরুদা দীক্ষা তৌরমলবদি সংস্কার মঙা লোইরে, ফংলে, হায়না খন্দুনা অরাৎপ সংস্কার মঙা তৌদুনা হৌনবা যোগপট্টনচিংবা— কৌপীন বহির্ব্বাসনা-চিংবা পীগনি।

অহানবা সংস্কার।

শম কোক্লবা হায়জবা— শম শেংনিগদৌরিবা মহাশয়! যতন তৌনা শিক্ষা থম্বিরগা ঐগী কোক অসি শেংদোকপীরো—কোকথোক-পীরো। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী চরণ থম্বালদা ঐ অসি য়োম্ম্লোক্লগে হায়বা ঐগী শ্রদ্ধানা ওইরে। ইপা ইমাগী মাম্নবা থিবিক্লা, মরুপ-মপাংশিংনা

আশীঃ কুরুত তৎপাদে ভক্তিঃ স্যাত্বৎকৃতনী ॥
শ্রীচৈতন্য দয়াসিন্ধো ভক্তানুগ্রহকারকঃ।
দাসো ভবামি গৃহ্লাতু পতিতং মাং সমুদ্ধর ॥"
ইত্যুক্ত্বা মুণ্ডনং কারয়েৎ ॥

দ্বিতীয় সংস্কারঃ—তীর্থস্নানং।

ততো জলাশয়ে গত্বা প্রথমমাচম্য করন্যাসমঙ্গন্যাসং প্রাণায়ামঞ্চ কৃত্বা স্নানং কুর্য্যাৎ। গুরুস্তু মন্ত্রানুচার্য্য স্নানং কারয়েৎ।

আচমনমাহ— (ক) প্রথমং হস্তৌ দ্বৌ প্রক্ষাল্যাচমনং কুর্য্যাৎ। (তদ্ যথা) দক্ষিণহস্তে জলং সংস্থাপ্য "ওঁ কেশবায় নমঃ" ইত্যুক্ত্বা আচম্য তজ্জলং ত্যজেৎ। "ওঁ নারায়ণায় নমঃ" ইত্যুক্ত্বা আচম্য— তদ্বৎ ত্যজেৎ। এবং "ওঁ মাধবায় নমঃ" ইত্যুক্ত্বা আচম্য ত্যজেদেব। ততঃ "ওঁ গোবিন্দায় নমঃ, ওঁ বিষ্ণবে নমঃ" ইতি দ্বাভ্যাং দ্বৌহস্তৌ প্রক্ষালয়েৎ।

— — —

চৈতন্যগী চরণদা "সমাবগী অরাবা কোকপা ভক্তি ওইজরো" হায়না আশীর্ব্বাদ তৌবিযু। অসি হায়জরগা চৈতন্যপ্রভুদা "ননাই ভক্তবু চানবিহৈবা শ্রীচৈতন্য দয়াসিন্ধো! ঐ অসি ননাই ওইজরবনি, লৌশিনবিয়ু, তোল্লবা ননাইবু লানাবিয়ু।" প্রার্থনা অসি তৌবগা শম কোকহনগনি।

অতুগী তু দা তীর্থস্নান তৌগনি। পুখ্রি, তুরেন্দা চংলগা গুরুনা গঙ্গা আবাহননচিংবা মন্ত্র শোনবিদুনা স্নান তৌহনগনি। স্নান লোইরগা আচমন তৌবদু হায়গে।— (ক) অহানবদা খুৎ অনিমক হামদোক্লগা আচমন তৌগনি। মাদু হায়রি যেৎকী খুত্তা জল হাপ্লগা "ওঁ কেশবায় নমঃ" অসি হায়দুনা থক্লগা অরেম্বা হৈদোকান। অমুক

ততঃ (খ) করন্যাসং কুর্য্যাৎ। যথা— ক্লীঁ কৃষ্ণায় অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ, গোবিন্দায় তর্জ্জনীভ্যাং নমঃ, গোপীজন মধ্যমাভ্যাং বষ্‌ট, বল্লভায় অনামিকাভ্যাং হুং, স্বাহা, কনিষ্ঠাভ্যাং ফট্‌।

ততঃ (গ) [ষড়্‌] অঙ্গন্যাসং কুর্য্যাৎ। যথা— ক্লীং হৃদয়ায় নমঃ কৃষ্ণায় শিরসে স্বাহা, গোবিন্দায় শিখায়ৈ বষট্‌, গোপীজন কবচায় হুং, বল্লভায় নেত্রায় বষ্‌ট, স্বাহা অস্ত্রায় ফট্‌।

ততঃ (ঘ) প্রাণায়ামঃ। কামবীজেন প্রণবেন কুর্য্যাৎ। ওঁ কাম-বীজস্য প্রজাপতি ঋষিঃ, দেবীগায়ত্রী ছন্দঃ, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যোদেবতা, ক-কারোবীজং, ল-কারঃ কীলকং, ঈ-কারঃ শক্তি, প্রাণায়ামে বিনিয়োগঃ [ এবং ঋষ্যাদিকং স্মৃত্বা বীজমভ্যাস্থেৎ। ] অস্য ন্যাসঃ— "ঋ কাম বীজায় নমঃ শিরসি প্রজাপত্যৃষয়ে নমঃ, শিখায়ৈ দেবীগায়ত্রীচ্ছন্দসে নমঃ, আস্যে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবতায়ৈ নমঃ, হৃদি ক-কার বীজাত্মনে নমঃ, দক্ষিণ কুচে ল-কার কীলকায নমঃ, বাম কুচে ঈ-কার শক্তয়ে নমঃ, হৃদি প্রাণায়াম বিনিয়োগায় নমঃ। পুনঃ হৃদি পূরকো দ্বাত্রিংশৎ

"ওঁ নারায়ণায় নমঃ" হায়না পক্লগা অরেম্বা কম্বোকনি অমুক "ওঁ মাধবায়" হায়না পক্লগা হৈদোক্কনি। মতুংদা "ওঁ গোবিন্দায় নমঃ, ওঁ বিষ্ণবে নমঃ" হায়বগা খুৎ অনি হামদোক্কনি।

(খ) অতুগা তুংদা মূলদা হায়রিবা মন্ত্রনা মথংশিংনা করন্যাস তৌগনি।

(গ) অতুগী তুংদা মূলদা হায়রিবা মন্ত্রনা মথংশিংনা ষড়ঙ্গন্যাস তৌগনি।

(ঘ) অতুগী তুংদা মুলদা হায়রিবা মন্ত্রগী ক্রম মতুংইন্না কামবীজনা (শ্বাস) প্রাণায়াম তৌগনি। অমুকহন্না হৃদদা কামবীজ ৩২ পূরক—

কুম্ভকশ্চতুঃষষ্টিঃ রেচকঃ ষোড়শঃ ॥ তৃতীয় হরিমন্দির তিলকং চতুর্থ নামমুদ্রা ধারণঞ্চ। দীক্ষাঙ্গত্বাদস্য পঞ্চসংস্কারান্তর্গতায়োচ্যতেহত্র ॥

(ঙ) ততঃ কৌপীন শুদ্ধিঃ।

কৌপীন করণ প্রমাণং যথা— তত্রৈব, স্তনাৎ স্তনান্তরং প্রস্থং দীর্ঘস্তু কটিবেষ্টনম্। প্রস্থার্থং মুষ্টিযুগলং পট্টযুগ বিনির্ম্মিতম্।

কৌপীনস্যাধিষ্ঠাতৃদেবতামাহ—

লজ্জারূপা ভগবতী কৌপীনং ভবতারণম্।
ডোরশ্চানন্তরূপোহসৌ ধারণে শুভদায়কঃ ॥

(চ) ভাবভক্তিজনৈর্ধার্য্যা কৌপীনং যোনি সম্মতম্।

•

শোর চিংশিনবা, ৬৪ না কুম্ভক—শোর থিংবা, ১৬ না রেচক—শোর থাবা, প্রাণায়াম অসি তোগনি।

প্রকরণ অসিদ অঙনশুব' সংস্কারদা হরি মন্দির তিলক তৌববু মরিশুবদা নামমুদ্রা ধারনবু হায়রি দীক্ষাগী অঙ্গনবা নাম ফংগী) মশা ওইবানা তৌদগী অতোপ্প সংস্কার মঙাগী মথং চনবা কযাবু হায়রে- পন্দ্রে।

(ঙ) অসিগী মতুংদা কৌপীনশুদ্ধি হায়রি। কৌপীন শেম্বগী প্রমাণ শুদ্ধিনচিংবা হায়রিব। স্মৃতিদা হায়রি,- স্তন অমদগী স্তন অমা য়োবা অতুন্না পাকপা খ্বাংদা কোইব (যেপথংপ) থুংবনা মযুং, প্রস্থিগী দমক খুতুম্ অনি থোইনা ফী মচেৎ অনিনা শেমগনি।

কৌপীনগী অধিষ্ঠাতৃদেবতাবু হায়রি,— সংসার-পাপপু লানবিরবা কৌপীনদি লজ্জারূপা ভগবতী শক্তিনি, ধারণ তৌজবদা মঙ্গল পীনরবা ডোরদি অনন্তগী মশকনি।

(চ) ভাবভক্তিগী অধিকার ওইবা খিবিকনা যোনিগী মতৌ ওইনা

দক্ষিণগ্রন্থি সংযুক্তং অনন্তরূপ ডোরকম্ ॥
চতুর্দ্দশমুষ্টিদীর্ঘং প্রস্থং প্রাদেশমাত্রকম্ ।
কৃত্বাতু তৎ প্রযত্নেন সংস্কারং কারয়েত্ততঃ ॥
কৌপীনং পৃথ্বীরূপোক্তং ডোরশ্চানন্ত এবহি ।
ব্রহ্মা বিষ্ণুঃ শিবশ্চৈব বাসুকা পবনোঽনলঃ ॥
সোমঃ শুক্রঃ সুরাচার্য্য কোপীনে নব দেবতাঃ ।
কৈশ্চিদত্র ত্রয়ঃ প্রোক্তা ব্রহ্মাত্মা নাপরাঃ কিল ॥
গ্রন্থিমধ্যেস্থিতো বিষ্ণুঃ পার্শ্বে চ ব্রহ্মরুদ্রকৌ ।
বহির্ব্বাসো বিষ্ণুশক্তিস্তয়াচ্ছাদ্যং সুযত্নতঃ ॥
এতচ্চ কৌপীনং ডোরং ম্র'ক্ষতং হরিচন্দনৈঃ ।
চন্দনেনাপি সংপ্রোক্ষ্য শুদ্ধার্থং শোধয়েৎ পুনঃ ॥
"গঙ্গাদি সর্ব্বতীর্থানি যানি লোকগতানি তু ।

---

কৌপীনবু ধারণ তৌগান । য়েত্তা গ্রন্থি পুন্নবা অনন্তগী মশক ওইবা ডোরবু ধারণ তৌগনি । মুষ্টি তরামরি শাংনা প্রাদেশ অমা পাকনা শেম্লগা কৌপীনবু যত্ন তৌনা শেংদোকহনগনি । ডোরনা অরেপপা অনন্ত ওইনা, কৌপীননা পৃথিবী ওইনা হায়রি । কৌপীনদা দেবতা মাপননা অধিষ্ঠাতৃ ওই, দেবতা মাপন অসিনা গুল্লি । মাদুদি—ব্রহ্মা বিষ্ণু, শিব, বাসুকী, পবন, অগ্নি, চন্দ্র, শুক্র, বৃহস্পতি অসিনি । কনা-গুম্বনা কৌপীনদা ব্রহ্মানচিংবা লাই অহুম লৈ, অতৈ লৈদ্রে হায়নৈ । গ্রন্থিগী মনুংদা বিষ্ণু, নাক অনিদা ব্রহ্মা, রুদ্র অনি লৈ । বহি-র্ব্বাসদি বিষ্ণুগী শক্তিনি, কৌপীনবু যত্ন তৌনা খুমজিনগনি । কৌপীন অমসুং ডোরদা হরিচন্দননাচিংবনা তৈগনি, খিকনি । চন্দন খিক্লগা শুদ্ধিগী দমক "গঙ্গাদি সর্ব্বতীর্থানি..." হায়বা মন্ত্র অসিনা শোধন

কৌপীনং পরিশুধ্যন্তু সর্ব্বসিদ্ধিকরানি ভোঃ ।।"

ঋক্ পরিশিষ্টে বৈরাগ্যখণ্ডে চ সপরিকরং কৌপিনং নির্দ্দিষ্টং,—

(ছ) কৌপীনং যুগলং বাসঃ কন্থাং শীতনিবারিণীং।

শরীরত্রাণকামো বৈ সোপানৎ কঃ সদাব্রজেৎ ॥

বাসো বহির্ব্বাসঃ। শরীরত্রাণেতি— ঝুলি শিরস্ক বসনমপীতি জ্ঞেয়ং ॥

ওঁ কৌপীনশুদ্ধিমন্ত্রস্য ব্রহ্মা ঋষিঃ, অনুষ্টুপ ছন্দঃ, হংসো দেবতা ব্রহ্মবীজং, বৈষ্ণবীশক্তিং, কৌপীনশুদ্ধিং বিধানার্থং জপে বিনিযোগ, ওঁ কৌপীনাধিষ্ঠাতৃ—লজ্জানন্তরূপায় নমঃ। ইতি দশধা জপ্ত্বা, পুনঃ এতে গন্ধপুষ্পে ওঁ কৌপীনাধিস্থাতৃ লজ্জানন্তরূপায় নমঃ, ইতি সংপূজ্য প্রতিষ্ঠাং কুর্য্যাৎ।— ওঁ কৌপীন প্রতিস্থাতৃ দেবতে ইহাগচ্ছ ইহাগচ্ছ ইহ সন্নিধেহি ইহ সন্নিধেহি, ইহাবরুন্ধস্ব ইহাবরুন্ধস্ব, ইহ পরমী কুরু ইহ পরমী কুরু, ইহ কৌপীনেঽধিস্থানং কুরু স্বাহা ॥

(জ) ততঃ ষষ্ঠঃ সংস্কার প্রাণপ্রতিষ্ঠা।— এবং সংশোধ্য তৎ

---

তৌগনি ঋক্ পারিশিষ্টদা বৈরাগ্যখণ্ডদা, কাংলুপকা লোইননা— কৌপীনবু হায়রি!— (ছ) কৌপীননে ফী অনিনে, নিংথম ফী— কন্থানে ( ছিবা ), হকচাং কন্নবনে, পাদুকানে লৌইননা মতম খিবিক্তা লেপ্না চৎকনি, বাসঃ শব্দনা বহির্ব্বাস—মপানগী ফী সেৎনবা ইন্নবা। হকচাং কন্নবা হায়বসিনা— ঝুলি, টুপী, দণ্ড ছত্র কবঙ্গ অসি খিবিক খংগদবা ওই।

মূলদা হায়রিবা মন্ত্র অসিনা কৌপীন অধিস্থাতৃদেবতা পূজা তৌরগা "প্রতিষ্ঠাং কুর্য্যাৎ···" হায়বা অসনা মথাগী আবাহন অসিনা কৌপীনদা অধিস্থান ওইহনগনি।

(জ) অহুমী তুংদা প্রাণপ্রতিষ্ঠা তৌগনি।—

সর্ব্বং প্রাণপ্রতিষ্ঠাং কারয়েৎ। ততঃ প্রাণপ্রতিষ্ঠানন্তরং স্বেষ্টদেবেহস্ত সমর্পনম্। তৎসর্ব্বমিত্যনেন কৌপীনাঙ্গভূত দণ্ডাদিকমপি সংগৃহীতং। তদ্‌যথা— "পলাশং বৈনবং বিল্বং * ত্রিদণ্ডমুপজীবয়েৎ।
তেষামেকতরং কিম্বা বৈনং বাপি সমাচরেৎ॥
কমণ্ডলুং তথান্যদ্বা তুম্বি কার্য্যাদি নির্ম্মিতম্।
এতদন্যচ্চ তৎসর্ব্বং বিপত্তৌ চ সমাচরেৎ॥

কৌপীনাঙ্গভূতত্বাদেতেষাং শুদ্ধি প্রাণপ্রতিষ্ঠা চ কৌপীনস্যেব তত্তৎ করণেন সিদ্ধাতীতি জ্ঞেয়ম্।

অথ প্রাণপ্রতিষ্ঠামাহ।

ওঁ অস্য কৌপীন প্রাণপ্রতিষ্ঠামন্ত্রস্য পুলস্ত্য ঋষিঃ গায়ত্রী ছন্দঃ, সাবিত্রী দেবতা, কামোবীজং, বারাহী শক্তিঃ কৌপীন প্রতিষ্ঠা জপে বিনিযোগঃ। বর্ণ ধর্ম্মাদি সিদ্ধীনকারিণী কৌপীনেঽস্মিন্ ওঁ আং হ্রাং

অসুম্না পুম্নমক ভস্মা সংশোধন তৌরগা, প্রাণ প্রতিষ্ঠা তৌরগা ইষ্টদেবদা সমর্পন তৌগনি। মূলদা (তৎ সর্ব্বং) হায়বনা কৌপীনগী পরিবার থারিবা পুম্নমক লৌগনি, মাতুদি— পাঙ্গোংনা শাবা, রানা শাবা, ঙৈশ্বাগোক্কী মউনা শাবা, দণ্ড অন্তম পায়গনি। মখল অন্তম অসিদগী অমতনা দণ্ড অন্তম পায়বা যাই। কমণ্ডলুদি— তুম্বানা, উনা শাবা য়াই, পুম্নমক অসি বিপদ তারবদি অমা ওইনা চৎপস্য় য়াই। কৌপীনগী মশানিনা শুদ্ধিনচিংবা মায়রে॥ অসিগী তুংদা প্রাণ প্রতিষ্ঠা হায়রি। মূলদা হায়রিবা মন্ত্রনা গন্ধপুষ্প কৎতুনা প্রাণ প্রতিষ্ঠা তৌগনি।

* "প্রভু বলে যাহে সর্ব্বদেব অধিষ্ঠান।"— চৈঃ ভাঃ অঃ ২।

ক্রৌং হ্রীং সর্ব্বেপ্রাণাঃ সর্ব্বাণীন্দ্রিয়াণি চ মহাত্মনা সুখং প্রাপ্তিষ্ঠন্তু স্বাহা। ইতি অষ্টোত্তরশতধা জপ্ত্বা, পশ্চাৎ—"ওঁ আং ক্রৌং হ্রীং সুসিদ্ধায় কৌপীনায় এতদ্ গন্ধ পুষ্পাদিকং নমোঽস্তু স্বাহা।" ইতি প্রাণ প্রতিষ্ঠা ॥

(ঝ) সন্ন্যাসার্থং প্রার্থনং যথা।

কৌপীন ব্রহ্মনির্ম্মিতমনন্তাৎ প্রাপ্তবাংশ্ছিবঃ।
ততোঽস্মান্নারদঃ প্রাপ্তো মহাযোগী ভবেৎ স্বয়ং ॥
শৌনকাদি ঋষিস্তস্মাত্ততঃ কেশব ভারতী।
তস্মাৎ প্রাপ্তো গৌরচন্দ্রঃ স দদৌ ভক্তশাখিনি ॥
এবং পরম্পরা প্রাপ্তং শাখা শাখানুভেদতঃ।
ধারয়িত্বা মহাযোগী ভবেৎ কিল ন সংশয়ঃ ॥

(ঞ) "মায়া-তরঙ্গে সংসারে পতিতং মাং সমুদ্ধর।
কৌপীনং দেহি শুদ্ধার্থ্যং ভব-তাপ নিবারণম্ ॥
কৌপীন গ্রহণেনাহং পূতোঽস্মীত্য চিরাদিহ ॥"

ইতি প্রার্থনা। প্রৈষেত্যুচ্চারণাৎ পূর্ব্বংত্যক্তং কিঞ্চিন্ন গৃহ্নীয়াৎ ॥

---

(ঝ) সন্ন্যাসগীদমক প্রার্থনা তৌগদবা— মাহ্ হায়রি, শ্রীমহাদেবনা, অনন্তদগী ব্রহ্মানির্ম্মিত কৌপীন অসি ফংঙি; মহাদেবদগী নারদনা ফংহুনা মহাযোগী ওই, নারদদগী শৌনকচিংবা ঋষিনা ফংখি; অমুদগী কেশব ভারতীনা, ভারতীদগী শ্রীগৌরচন্দ্রনা ফংখি, শ্রীগৌরচন্দ্রনা ভক্ত-শাখাদা পীবিখি। অসুমা শাখা প্রশাখা মথং মথং লৌনরক্তুনা মহাযোগী ওইনরে।

(ঞ) মায়াগী ইথক্তা সংসারদা তারবা ঐবু লানবিয়্। ঐগী শেংজনবগী দমক সংসার-অবাধা কোকপিবা ওম্বা কৌপীনবু ঐডোন্দা

ইত্যুক্ত দিশা "প্রৈষ" ইত্যুচ্চারয়িত্বা যোগপট্টাদিকং গ্রাহয়েদেব। "ভো গুরো! ভিক্ষুপযুক্তং (উপযোগং) যোগপট্টাদিকং মাং গ্রাহয়" ইতি প্রার্থিতস্তং বদেৎ— "যদ্যেবং তর্হি 'প্রৈষ' ইতি বারত্রয়ং বদস্ব ভদ্র।" "প্রৈষোঽস্মি" ইতি ত্রিবারমুক্ত্বা করপুটাঞ্জলিভূয় স্থিতেন তেন গুর্বাদি স্বেষ্টদেবতান্তান্ সর্বান্ পূজয়িত্বা,— ততঃ স্বেষ্টদেবাৎ পূর্বন্যস্তং কৌপীনাদিকং সংপ্রার্থ্য, সংগ্রাহ্য, তদানীং তত্র সন্ন্যাসিনঃ স্পর্শয়িত্বা চ ধারয়েৎ॥ তদন্তরং সন্ন্যাসমন্ত্রং দদ্যাৎ। তদ্যথা— (ও) ওঁ ক্লীং গোপীভাবাশ্রয়ায় স্বাহা" ইতি সন্ন্যাসমন্ত্রং দদ্যাৎ। ততঃ পরং ত্রিগৃহং পঞ্চগৃহং সপ্তগৃহং বা ভিক্ষয়েৎ। ভিক্ষা যথা— প্রথমতো গৃহিণো গৃহং গত্বা— "ভো মাতর্ভগবতি ভিক্ষাং দেহি" ইত্যুক্ত্বা ভিক্ষাং কৃত্বা প্রত্যাগত্য, প্রাপ্তভৈক্ষ্যং বস্তু তৎ সন্ন্যাসদাত্রে গুরবে সমর্প্য যথাবদাশ্রমধর্মান্ কুর্য্যাৎ॥

---

পীথিগ্নু কৌপীন লৌহুনা ঐ অসি সংসার অসিদা পাপ কোকচনগে মাসিদা গুরুনা হায়বিগনি, "প্রৈষ" হ্রাহৈ অসি হায়থবদি, থাদোকশ্রিবা বিষয় করি অমতা হঞ্জিনবা য়াত্রবনি, হায়বিরগা "প্রৈষ" হায়হল্লগা যোগ পট্টনচিংবা ফংহনগনি। হ্রাহৈদি সন্যাসীগী উপযোগী ওইন পুন্নমক ফংজরগে হায়রহল্লগা, গুরুনা হে ভদ্র! প্রৈষোঽস্মি, অহুমক হায়যু তাকপিরগা, খুৎ লোম্বনা হায়ইনগনি॥

গুরুদগী ইষ্টদেব—শ্রীগৌরচন্দ্র ফাওবা পূজা তৌহল্লগা নিহুনা প্রার্থনা তৌনা লৌহনগনি, অহানবদা কৎখিবা বেশ অদু লৌহনগনি অদুবা (অফংবা) সন্নাসীগুম্বা অমমা শোকহল্লগা শেৎহনগনি, শেৎপীগনি। (ও) কৌপীন শেৎলগা মুন্দা হায়রিবা মন্ত্র পীগনি, মতুংদা য়ুম ৩ নত্রগা ৫, ৭ ভিক্ষা চংহনগনি। চংলিবা য়ুম অদুদা হে ইমা

ততঃ নামকরণম্।

নামাত্র কথিতং সদ্ভি হরের্ভৃত্যত্ব বোধকম্।
হরিদাসাদিকমিতি কৃষ্ণদাসাদিকং তথা ॥

বিষ্ণুমন্ত্র ধারণম্।

(খ) ন্যাস-প্রকরণে প্রোক্তঃ সন্ন্যাসগ্রাহকশ্চ যঃ।
যচ্ছেদষ্টাদশার্ণন্তু বামকর্ণেভবান্তকম ॥

মন্ত্রো যথা— "ক্লীং কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন বল্লভায় স্বাহা" গোপীভাবাশ্রিতো মন্ত্রঃ সন্ন্যাসে শক্তি বোধকঃ। যোন্যাকৃতিধারণেন তদ্ভাবসাধকো যতঃ। (দ) শ্রীকৃষ্ণতোষণমাত্রার্থং গোপীভাব সমন্বিতম্। এতদ্ধর্ম্মং সমাশ্রিতো ত্রয়াদ্বারত্রয়ং জনঃ।

সন্ন্যাসধর্ম্মহীনস্তু ন পরমহংসকো ভবেৎ।
অস্মাদ্ধর্ম্মাৎ পরোধর্ম্মো নাস্তি সদ্বিদুষাং মতঃ ॥

---

ভগবতি। (য়াইফবী) ভিক্ষা পীয়ু হায়না লৌরগা ফংবদো গুরুদা শিন্নরগা, অদুম্বা ধর্ম্ম অহু চংকনি।।

অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হায়বা মতৌ সাধুশিংনা খংবা হরিদাস, কৃষ্ণদাসন চংবা নামকরণ তৌগনি। দাস শব্দদি— দাস্য— দানে, দীয়তেহস্মৈ ইতি দাসঃ ;— আত্মসমর্পন তৌখ্রবা মশক, মাঙোন্দা কখোকপ্রবা অদুবু দাস কৌই।

(খ) সন্ন্যাসগী নিয়ম খংবা গুরু অদুনা শিষ্যগী ওইথংবা নাকোংদা সংসার কোকপা ওস্বা মন্ত্র—অষ্টাদশাক্ষর মূলদা হায়রিবা অসি পীগনি।

সন্ন্যাসমন্ত্র অসি শক্তিবোধকনি, মন্ত্র অসি নত্তনা গোপীভাব ওইদে, মন্ত্র অসিদগী গোপী ওইজহুনা সেবা ওইবা ঙমজরে।

(দ) শ্রীকৃষ্ণনা পৈনবিনবগী দমক গোপীভাব লৌরগা ধর্ম্ম অসি

স্বসুখোৎপাদিকাভক্তির্যেষাং কৃষ্ণেনবিদ্যতে।
তেষাং যো ধর্ম্মসম্পন্নঃ স স্যাৎ পরমহংসকঃ ॥

কিন্তুত্রৈব হরিভক্তানামচ্যুতগোত্রত্বং মুখ্যং অন্যত্র গৌণমিত্যপি বোধব্যম্ ॥

(খ) যদ্গোত্রমাশ্রিত্যেনাপি কৃতং কর্ম্মং শুভাশুভং।
অধুনা তৎপরিত্যজ্য ভবাম্যচ্যুত গোত্রকঃ ॥
পিতৃগোত্রাদ্‌যথা কন্যা স্বামি গোত্রেন গোত্রিতা।
তথৈবাচ্যুত গোত্রেন ভবাম্যচ্যুত গোত্রকঃ ॥

"ওঁ অচ্যুতগোত্রায় স্বাহা" ইতি অচ্যুতগোত্রোঽহমস্মি' ইতি বদেচ্চ

শ্রীমদ্ভাগবতে— ৪।২১।১২শ শ্লোকে—

"সর্ব্বত্রাস্খলিতাদেশঃ সপ্তদ্বীপৈকদণ্ডধৃক্।
অন্যত্র ব্রাহ্মণকুলাদন্যত্রাচ্যুত গোত্রতঃ ॥

---

চৎচরবনে, রাহৈ অসি অহুমলক হায়গনি। সন্ন্যাসধর্ম্ম নত্তনা পরম হংস কৌবা ওমদে। পণ্ডিতশিংনা ধর্ম্ম অসিদগী হেনবা নৈত্রে হায়রি, কৃষ্ণগী পাদপদ্মদা মাগী মুঙাইনবা ভক্তি ফংব্রবা মী অহুনা ধর্ম্ম অসি লৌরবদি পরমহংস ওইরে। ভক্তি খিবকী মনুংদা অচ্যুতগোত্রনা প্রধাননি, অতৈদি গৌণ ওই খংনগনি।

(খ) অহানবা গোত্রদা আশ্রয় তৌহুনা অফ-ফত্ত তৌরম্বমখৈ খাদোকতুনা অচ্যুতগোত্র ওইজরে। নিঙোল্লা মপাগী গোত্রদগী স্বামী-গী গোত্রদা তিনবা অদুগুম্না ইবুঙোগী গোত্রনা মরম ওইদুনা ঐ অচ্যুত গোত্র ওইজরে, "অচ্যুতগোত্রায় স্বাহা" "অচ্যুতগোত্রোঽস্মি" মাসিংশু হায়গনি।

মৈত্রেয়না বিদুরদা হায়খি— হে বিদুর! দ্বীপ তরেৎগুবা পৃথিবী অপুম্বগী নিংথৌ ওইরিবা পৃথু মহারাজনা ব্রাহ্মণজাতিদগী অতোপ্পদা

গৃহীতসম্প্রদায়ি সন্ন্যাস বৈষ্ণবানাং পঞ্চত্বপ্রাপ্তৌ শরীর ত্যাগেতু তদানীং দেহে সমাধিমন্ত্রং লিখেৎ।

(ম) যথা— ওঁ হ্রীং শ্রীং হ্রাং ঐং নবনমূদ্‌যুক্তি ভূবিবরে স্বাহা।

পশ্চাত্তীর্থোদকে ভূ-বিবরে তদ্দেহং স্থাপয়েৎ। বিবর পরিমানঞ্চ পাদাধিক পুরুষ পরিমিতং। দহেচ্চেৎ তং তথাপি কিঞ্চিৎ তদস্থ্যাদিং তীর্থাদৌ সমাজসংজ্ঞকে ভূ-বিবরে সংস্থাপয়েচ্চ—নিবাসো দ্বারকাদৌ চ গঙ্গাদেরপি সন্নিধৌ ইত্যানুসারেণ।

ভেকাশ্রয় পদ্ধতিকা সন্ন্যাসার্থা সতাংমতা।
নির্ম্মিতা গৌদাসানামেকান্ত ধর্ম্ম সিদ্ধয়ে॥

ইতি শ্রীগোপাল ভট্ট গোস্বামী বিরচিতা ভেকাশ্রয় পদ্ধতিকা সমাপ্তা।

---

অচ্যুতগোত্র ওইরবা বৈষ্ণবতগী অতোপ্পদা অতৈ পুম্নমক্তা নাম্বোকপা য়াত্রবা য়াথংনা শাসন তৌই।

সম্প্রদায়িক সন্ন্যাসীনা মৃত্যু ওইরবা (সিদ্ধি ফংব্রবা) দেহ অচু ত্যাগ য়তমদা য়শাদা সমাধি মন্ত্রবু ইগনি।

(ম) মন্ত্র অসিনি, তুংদা তীথগী জলদা. ভূমিগর্ত্তদা স্থাপন তৌগনি, গর্ত্তগী প্রমাণ দেহ অচুগী পাদ অমা মরি থোকপগী শরুক অমা গর্ত্ত অচুনা হেন্দোকনা তৌগনি। মৈ থাৱবদি মহাক্কী অস্থি অচু তীথদা নত্রগা সমাজ [illegible] ভূগর্ত্তদা থাদগনি,— দ্বারকানচিংবদা, গঙ্গাতীরদা লৈবসি [illegible] নিয়মনী মতুংইন।

শ্রীগৌরভক্তগী মনাহশিংগী ঐকান্তিক ধর্ম সিদ্ধিগী দমক সাধুশিংগী মত ওইবা ভেকাশ্রয় পদ্ধতিবু লেংজে।

পূজ্যপাদ শ্রীগোপাল ভট্ট গোস্বামীনা লেংবা ভেকাশ্রয় পদ্ধতি লোইরে।

